শঙ্কর শেষ

# অতোপ্পা দ্রোণাচার্য্য অমা





মেঘচন্দ্র হৈরাংখোংজম




ফোঙবা ঃ সুমন হৈরাংখোংজম, কৈনৌ- ৭৯৫ ১৩৪

---

খুনম ঃ অহানবা

ফোঙবা চহী ঃ মে, ১৯৯৯

মখুম ঃ সুধীর নাউরোইবম

কোপি মশীং ঃ ৫০০

মমল ঃ লুপা ৩০/-

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

---

*Original title* : **Ek Aur Dronacharya (Hindi)**
*Manipuri translation* : **Atoppa Dronacharya Ama**

লৈখিদ্রবা ইপুবোক

শ্রীযুক্ত হৈরাংখোংজম ঁমধু সিংহগী

মফমদা কৎচরি

# ৱাহৌদোক

ভারতকী ফম্পাক লিলাগী ইতিহাসকী ইচেলদা নাটককার শঙ্কর শেষ (১৯৩৩-৮১) মোহন রাকেশকা হিদেন অমত্তদা থুংমিন্নবা অইবনি। মোহন রাকেশকী সবজেক্তি তোপ-তোপ্পা অমনি, হিন্দী নাটককার অমা ওইবদগী হেন্দোক্লুনা ফম্পাক লিলাগী অচেৎপা লিপুন্দুদগী নাম্থোক্লুনা ভারতকী ফম্পাক লিলাগী লময়ানবশিংগী মনুংদা মাসু অমনি। মহাক্না হিন্দী ফম্পাক লিলাদতা মিৎয়েং থম্বদু পমদে, রবীন্দ্রনাঠ, শেক্সপীয়ারনা শুপ্নগী ভারত অমদি ইংলেন্দ খক্তদা য়েংবদুগুম। অদুম ওইনমক হিন্দী ফম্পাক লিলাগী ইতিহাসকী নিয়মদু শেম্বা ঙমখিদ্রে। অনৌবা যুগকী হেক মচিন মুরকপদা মরুক্ষনবদি হৌখ্রবনি, অহানবা য়ুম্ফমথোনখিবা ভারতেন্দু মশামক্না ফম্পাক লিলাগীদমক য়াম্না কুপ্না থিজিনখি। মসিগীদমক মহাক্না অরিবা মতমগী নাট্যগী ওইবা চৎনবী (পরম্পরা) লোকধর্ম্মগী ওইবা চৎনবী লোয়ননা মতমদুগী নাট্য সমপ্রদগীসু মতেং লৌরম্মী। অদুবু পারসীগী ফম্পাক লিলাগদি য়াম্না খেৎননা শেমলম্মী। মসিমক হিন্দী ফম্পাক লিলাগীদি লাইবক থিবনি, করিগীনো হায়ববু মতমদুদি পারসী ফম্পাক লিলাসি মীয়াম্না খ্বায়দগী পাম্নবা অমা ওইরম্মী, হায়রিবসিদা ডাইলোক খক্তং হাপচিল্লগা য়াম্না মতিক মগুন চেনবা হিন্দী ফম্পাক লিলাগী য়ুম্ফম থোনবসু য়ারম্বনি। অদুম ওইনমক ভারতেন্দুনা হিন্দী ফম্পাক লিলা অমা পুথোকলম্মী। তশেং-তশেংনা মতিক মঙাল লৈরবা অমা শেম্নবা হোৎনরম্মী। লাইবকখিবনা মহাক লৈখিদ্রবা মতুংদা হায়রিবা ফম্পাক লিলাসিবু খুৎথাঙয়েনা পুখৎপীনবা মীওই অমত্তা চোংথোকপীরক্তে। মমিং চৎলবা নাটক ইবা জয়শঙ্কর প্রসাদনা সাংস্কৃতিকপু চেৎনা কোনশিঞ্জদুনা লৈবাক্কী অৱাংবা থাক্তু ফাওবগী নাটক পুথোকলকখি। অদুবু ফম্পাক লিলাদা পুথোকপা য়াবা-য়াদবগী নিয়ম কয়াদুনা চয়েৎনবা লৈখি। অচৌবা খেৎনবা অমগী মতুংদা ময়ায় থংবা ভারত্তা চাওখৎলক্লিবা (প্রগতিশীল) শক্তিশিংদুনা নাটকপু খুদুম চনশিল্লকখি। হিন্দী ফম্পাক লিলাসু ভারতেন্দুগী ৱাখল পরিংদুদা মতিং ফুদোকপা হৌরক্লে। মথং তারকপদা হিন্দীগী মোহন রাকেশসু মতিক মঙাল লৈবা অমগী মতৌগুম ফোঙ ফাওরক্লে। অদুবু হৌজিক্তি ফিভম অমদি মতমগী মতুংইন্না য়াম্না ওল্লক্লে। লৈবাক্কী নীংখা তম্বা, রাষ্ট্রীয় নাট্যবিদ্যালয় লিংখৎলকপা, সঙ্গীৎ নাটক একাদমী, রাজ্য সরকারশিংগী কলা নৎত্রগা সাহিত্যগা মরী লৈনবা সংস্থান ময়ামসি পুনশিল্লগা

অখিল ভারতীয় নাট্যান্দোলন, লোয়ননা ভারতকী ফম্পাক লিলাদা শকলোন অমগী মপোক্তু পোকলকই। হায়রিবসিদগী ভারতকী লোন খুদিংমক্তা মশা-মশাগী ওইবা ফম্পাক লিলাগী ইহৌ অমা লাকখি, হিন্দীসুনি, হায়বদি ময়ামসিনা পুনশিল্লগা ফম্পাক লিলাগী শক্তম অমা শাগৎপা হৌরকই। পৃথিবীরাজ কপুর, শিবাজী গনেশ, বাদন সরকার, সত্যদেব দুবে, উৎপল দত্তা, ব. ৱ. কারন্ত, গিরীশ কর্ণাড, বিজয় তেন্দুকর, সুরেন্দ্র বর্ম্মা, ইব্রাহীম অলকাজী, মোহন রাকেশ অমদি রতন থিয়াম, সনখ্যা ইবোতোম্বী অমসুং কহ্নাইলাল, ফাওবগী এক্তর অমদি ডাইরেক্তরগী লুরবা মিৎয়েং থমখিবদুনি। অদু ওইরবদি খঙলগনি মদুদি ভারতকী ফম্পাক লিলাগী অশেংবা শকলোনদু করিনো হায়বদু। মসিবু পানশিন্নবা হোৎনবদা করি করি মচল চঙখিবগে হায়বদু। লৈবাক্কী ইহৌগা লোয়ননা মসি কয়া য়াম্না মরি লৈনবগে হায়বদু? মেক্তুনা নান্দুনা শেমগৎ-শাগৎপদা হকথেংননা থেংনরুবনা শোইদনা খঙলমগনি মদুদি গিরীশ কর্ণাড নৎত্রগা মোহন রাকেশনা কন্নড় হিন্দীগী ফম্পাক লিলা খক্তবু করিগী খঙবা য়ারমদ্রিবনো হায়বদু।

অনৌবা যুগকী ভারত্তা ফম্পাক লিলাগী মশক তাকনবা হোৎনবদা শঙ্কর শেষকী মমিংসু য়াওরকই। মানা নাটকতা শিজিন্নরিবা তিক্লিক অসিমক্তা য়াম্না দাইত্ব লৈবা মীশক অমগী মওংদা মমিং চৎলি। মহাক্কী নাটকতা মতমদুগী থম্মোয়নুংগী অরোন-অথুপ ফোঙদোক্লবা হোৎনরকই। মাগী নাটক্তা ফাজিন পুনশিন্দুনা অনৌবা যুগকী মীওইশিংবু অহিং-নুংথিল নাইদনা খোইরাং খোইশাওনহল্লি। মহাক্কী পাত্রদা নুং-পানগী ওইবা অখুবা পুকচেলশিংদু য়েক্তুনা পুথোক্লকই। নাটকশিংসিগী প্লোটসু মমাংঙৈগী মহাভারত মতমগী অরিবা সাহিত্যদগী লৌথোক্লকই, লোয়ননা অনৌবা মতমগী চৎনবী ময়ামসি পানশিল্লকই। হায়রিবা অনীসিবু পুনশিন্দুনা অনৌবা শকলোন অমগী মশক্তু উৎথোক্লকই। মতাং-মতাংদা মমাংঙৈগী অমদি অনৌবা মতমগী থৌদোকশিংদু মথং-মনাও মাঙদা পুথোকক্তুনা উৎলকই। লোয়ননা অমগী মথংদা অমা হাপচিল্লক্তুনা ভাবকশিংগী মফমদা উৎলকই। *এক ঔর দ্রোণাচার্য্য*সু মসিগী চপ চাবা খুদমনি। হায়রিবা নাটকসিদসু হৌজিক-হৌজিক থোক্লিবা থৌদোক্তু উৎথোক্লকই অদুগা অমুক মহাভারতকী ৱারী লিরকই। অসুম্না অনৌবা যুগকী তাঙ্কক খরা মহাভারতকী তাঙ্কক খরা লৌথোক্লগা হৌবদগী লোইবা ফাওবা ঈন্দুনা চিঙদুনা পুরকই। নাটকসিগী নুং-পানগী ওইবা ৱাহঙ্থোক অমমমনি- অয়েংবশিংনা খঙবদা খরা ৱানা থোকই, মদুদি পুন্সিগী নুং-পান নাইনা চৎলিবা পুন্সি খোঙচত্তুনি।

অসিগুম্না চৎলম্বা মীওইদুনা নাটকসি য়েংবা তারমলবা নৎত্রগা ৱারী খঙলকলবা মতমদুদা শোইদনা শাওনিঙবা পোক্লক্কনি। মরমদুনা নাটক অসিবু য়েংলিবা নত্রগা পারীবশিংনা য়াম্না চেকশিনবা অমদি পুক্লিং চঙবা তঙাই ফদে। মদুদা মহাক অদুনসু অনৌবা মতমগী মীওইদুবু মতৎ-মতৎ থদক্তুনা আত্মাদু ৱারসনু মতাগুম শারঙ মনুংদা লংশিন্দুনা থম্বগুম খল্লক্কনি, লোয়ননা অরবিন্দ অমদি দ্রোনগা লৈনরিবা মরিদুসু শোইদনা খঙলক্কনি। তশেংনা ***এক ঔর দ্রোণাচার্য্য*** সি অনৌবা যুগকী নাটক অমনি হায়বদা চপ চারবা খুদম পীবগা (প্রতীকাত্মক) লোয়ননা নৌনা ব্যাখ্যা তৌরবা নাটক্নি। নাটককারসিনা নাটকসিগী নৎত্রগা য়াংলেন ৱারীদা নৎত্রগা মাগী পাত্রদা মশাগী ওইবা মিৎয়েংদা য়েংলগা খুদম পীদুনা মরান শিবদি তৌদে। হায়রিবশিংসিগী দাইত্বদি অয়েংবা অপাবশিংদা ঈগ্লোকলকই। খন্নবা, মরৈ-য়েৎনবা নৎত্রগা অফ-ফত্তা নৈনবগী মফমদু চাউনা পীদুনা উৎথোরকই। হায়রিবা নাটকসিনা অনৌবা যুগকী পনখৈসিদা লেপহন্দুনা থম্লগা অনৌবা যুগসিগী হেক মমাঙগী ফিজিদু পায়দুনা থম্নবা লাক্লরকই। শঙ্কর শেযনা ইরিবা নাটকসি ১৯৭১ গীনি, মতমদু হিন্দীগী অনৌবা মতমগী মমাঙগী শক্লোন্দু মশক তাকপা মতমনি — অদুম ওইনমক মসিগী লাইরিকসিনা নাটক্কী অনৌবা অর্থশিং থিবদা মতিক চারে। মসিদা থোইনা ঙক্লীংঙাই ওইদে, নাটকসি ভারতপুম্বগী লোন অয়াম্বগী ফম্পাক লিলাদা য়াম্না পাম্নবা নাটক ওইখ্রে।

শঙ্কর শেযনা নাট্যগী ওইবা মখল কয়াগী শৈলীশিং শিজিন্নে। খুদম ওইনা মহাক্কী *পোস্টর* কৌবা নাটক্তা মহারাষ্ট্রগী কীর্তন শৈলী শিজিন্নে। মসি ফম্পাক লিলাগী তরু-তরুনা উৎথোকপগী খোঙচৎ অমনি। মখা তারকপদা ব. ৱ. কারন্ত অমদি রতন থিয়ামনসু উৎলক্রে, অসিগুম্না শঙ্কর শেযনসু মহাক্কী মরমদা উৎলম্মী অদুগা ঙসিদি মরাঠী, বঙ্গলা, কননড় অমদি মনিপুরদসু অসিগুম্বা নমুনাসিগী হৈশিংবদু উৎলক্রে।

শঙ্কর শেযনা নাটক য়াম্না ইদুনা খুদোল তম্বীরম্মী। *মুর্তিকার, রতনগর্ভা, নই সত্যতা কে নমুনে, বেটোং ৱালা বাপ, তিলকা তার, বিন বাতী কে দীপ, রাত কা পানী, বনধন অপনে- অপনে, খজুরাহো কা শিল্পী, দন্দী, এক ঔর দ্রোণাচার্য্য, কালজয়ী, ধরোংদা, অরে মায়াকী সরোবর, রক্তবীজ, রাক্ষজ, পোস্টর, চেহরে, ত্রিকোন কা চৌথা কোন, কোমল গানধার, আধী রাত কে বাদ* অসিনচিংবা মপুঙ ফারবা নাটকশিংনি। মসিগা লোয়ননা মহাক্না অঙাংগী নাটকশিং অমদি একাঙ্কী

নাটক কয়াসু ইরম্মী, নাটক খরসু হন্দোকলম্মী। অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা নাট্য সাহিত্যগী অয়াম্বা শরুক ভারতকী তোঙান-তোঙানবা লোন কয়াদা হন্দোক্লুনা ফম্পাক লিলাদা মশা-মশাগী খোঙফম শেমজখরে। হায়রিবা নাটকশিংসি, ফিল্ম, দুরদর্শন, অমদি রেডিওদা মীয়ামগী ৱাখল্লোনবু চিংশিন্দুনা শন্দোকখ্রে। হায়রিবা ফিভমসিদা ভারতকী ফম্পাক লিলাদা শঙ্কর শেষকী অচেৎপা খোঙফম অমা থমলম্বদুগী খরদং পাউদমজরবনি।

*এক ঔর দ্রোণাচার্য্য* হন্দোকলুবনা শঙ্কর শেষসু মনিপুরী লোনগী ওইরবনি অদুগা নাটকপু নুংশিজবা অমদি স্টেজগী লমদা খোঙদারিবশিংগীসু চাংয়েংজনবগী তাঞ্জাদুসু ফংলগনি। মনিপুরী ফম্পাক লিলাগী ইহৌদা মসিনা অচৌবা মফম অমা পীরগনি।

হন্দোক্লিবা ডা. মেঘচন্দ্রসি হন্দোকপা খক্তা নত্তে, এম.এ. তম্লিঙৈদা নাটক সাহিত্যবু নৈনবদা মহাক্না অহানবা ওইনা নাটকসি পাখি। মদুগী মতুংদা এম. ফিলদা নৈনদুনা দেজর্টেশন ওইনা পুথোকখ্রবনি। হৌজিক্তি অরেপ্পা অমগা লোয়ননা অপাবশিংগী মফমদা খুদোলখ্রবনি। হায়বদি য়াম্না কুপ্না খনবা য়াবা খল্লবা মতুংদা হন্দোকপা নাটকনি, লোয়ননা মসিগী মতুং তারকপদা মনিপুরী নাটক সাহিত্য অমদি নাট্যান্দোলনগী ইহৌদা অহোংবা খরদি লাক্লগনি।

মেঘচনদ্র মশামক মনিপুরী লোনগী নহা ওইরিবা অইবা অমসুনি, মতম পুম্বদা মহাক্কী পুক্নিংদা শাওগন-চৈগন্নীংবা কয়ানা নমশিন-পুনশিন্দুনা লৈ, মতমসিগী শিৎলি-হুমলিবা সমাজগী অওনবা ফিভমসিগী ফলননি। অমা-অমবু ওইরবসু মহাক্কী শাওগন চৈগনবদুনা নাটক অসিবু হন্দোক্লবগী থৌনাদু ওইরবনি। মসি মহাক মশাগী শাওগন-চৈগনবসিনা সামাজিক, সাহিতিক্কী ৱাহৌদোক্কী চপ চাবা প্রমাননি।

ঐ ডা. মেঘচন্দ্রগী হোৎনবসিমক থম্মোয় শেংনা থাগৎলি অদুগা আশাসু থল্লি মদুদি মহাক মতুংদসু অসিগুম্বা মনিপুরী সমাজ, সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী সেবা তৌরকখিগনি হায়না ।

অরোইবদা য়াইফা মঙ্গল পীজরি।

**দেবরাজ**

কাঞ্চিপুর, নুপীলাল নুমিৎ, ১৯৯৮

হিন্দী বিশ্ববিদ্যালয়

কাঞ্চিপুর, ইম্ফাল, ৭৯৫১০৩

# ৱাহৈ খরদং

নীংজরকপা অমদি অপাম্বা কয়াদুগী মনুংদা অমদি ফোঙদোকচবা ঙম্লে। মসিমক ঐগীদি লাইবক ফরবনি। লাইরিকসিগী অফ-ফত্তা অদুমদি হায়জবা ঙমদ্রে। ঐ-ঐগী তানফম হায়দুনি। অমরোমদা মনিপুরী তাবা তাদবা হায়বা অমসু লৈরিবনি। তশেংনা মসিমদি অপাবশিংগী মফমদা মীনমজবা ঙম্লরোই। পাবা য়ানা ফজরম্লে নাটককারসিগী, পাবা য়ারমদ্রে হন্দোকচরিবা ঐগী। ঐদি চেনফম লৈত্রবনি, ইশানা য়াজরে।

নমদ্রিঙৈগী মমাংদা কয়ারক খনখি ইশাগী শেমগৎচরিবা খরদু ফোঙসিরা, অনুবাদসি ওইনা ফোঙসিরা, ফিরেপ অমদি লৌবা তাখি। মমৈদা ৱারেপসি লৌজরবনি। খো-খোপ্পসিগী মনুংদা শেল হায়বসিমসু খ্বাইদগী মরুনি, মসিদি ঐ খক্কী ৱাসু নত্তে। পঞ্জনীঙলিবদি. চহী খরগী মমাংদগী শেম শাবদি লোইজরবনি। নম্বা ঙমখিদবা অদুগী ৱানি।

লাইরিকসিগী মরমদা খরদং পঞ্জরবদা, ঐনা য়ুনিবর্সিটিদা এম. এ. তম্লিঙৈদা নাটকপু ওপশনেল ওইনা তম্লকখি, মতমদুদা নাটকসিগী মতিংনা ঐগী থম্মোয়নুংদা অকনবা চৈথু অমা পীরকখি। অমুকসু এম. ফিলদা নৈনজদুনা দেজার্টেসন ওইনা পুথোকচখ্রবনি। নৈনজদ্রিঙৈ মমাংদগী অহানবা তাঙ্কক ফাওবদি হন্দোকচবসু লোইখ্রবনি। নাটক অসিবু হন্দোকচনবগী থৌনা অমদি লিংজেল পীবিখিবদি ঐগী গুরু দেবরাজনি। লাইরিকসিদা ওজাগী হক য়াম্না চাওই। মতমদু মনিপুরী লোন নিপালসুবা সেদ্যালদা চন্দ্রি, মনিপুরী সাহিত্যদা অনুবাদকী অৱাৎপদু পন্দুনা ঐবুসু অনুবাদক অমা ওইনবা কন্না ঈনশিনখি। মতমদুদগী হৌদুনা অনুবাদকী মহাওদুসু খঙজরকখি। ঐনসু ঐগী গুরুদা থাজবা থমজখিবনি। ঙসিদি ওজাগী থাজবদু ঙাকচরে।

অরোইবা ওইনা, মনিপুরী লোনগী অমদি বানানগী মতাংদা ইকাই খুম্নজরবা ওজা খরগসু তানজৈ, মরুপ মপাং খরগী মতেংসু ফংজখি। মদুমক ওইরমদ্রবদি মসি

য়ৌনা পাবা য়ারমদবসু য়ারি। মসিগীদমক তাকপীরকপা ওজাশিং অমদি মরুপ-মপাঙ পূন্নমকপুসু থম্মোয় শেংনা থাগৎচরি। লাইরিক অসিগী মখুম য়েকপীরিবা ঐগী মরুপ সুধীর নাউরোইবমবুসু থাগৎচরি। প্রেসকী ইচিন-ইনাওশিংনা থৱায় য়াওবিরমদ্রবা মসিমসু মপুঙ ফাবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। লময়ানবা প্রিন্টর্সকী ইচিন ইনাওশিংবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

খোংজোম নুমিৎ, ১৯৯৯

মেঘচন্দ্র হৈরাংখোংজম

কৈনৌ

# অহানবা তাঙ্কক

লীলা ঃ মৈদদি থানসিদনা। (চঙসিন্দুনা সুইচদু নম্মী।) অমম্বসিদা শ্বরবু ফুন্দ্রা নঙবো? (ঙাইহাক লৈরগা। টেবলদগী অহাংবা চাগী কপতু লৌথোক্লদুনা।) চিনীগী মমল কদাই য়ৌখ্রে খঙবিরবো? মরী য়ৌখ্রবনি।

অরবিন্দ ঃ (থৌ-রা শাদনা) অং।

লীলা ঃ (চুরুপ মতেকশিংদু খুনগৎতুনা) এশট্রে শীজিন্ননবা কয়ারক্নো হায়জখিবা। ৱাই শীৎপদা খ্বাং কোন্দৌরিবসি ঐদনি।

অরবিন্দ ঃ শীজিন্নরগে- শীজিন্নরগে।

লীলা ঃ রাশন কার্ডতি শাবিরুরব্রা? (ঙাইহাক লৈরগা) শাদ্রবা নত্রা? চৎপু চৎপিরুব্রা? কনাসু ৱা ওইনা লৌবিবা পোৎ নত্তে! (ঙাইহাক লৈরগা) ইমাগী ওপরেশন্দি কৈদৌঙৈ তারে? (অরবিন্দ তুমিন্না লৈ) হায়রিসিনদি হোস্পিতাল চৎলুদ্রেনে? ইথন্তা কয়া য়াম্না তৌবা ঙমগদগে? (ঙাইহাক লৈরগা) করিগীনো ৱা লানগা অমতা ঙাংদ্রিবসিবো? নঙ্ভু করি তৌরবগে?

অরবিন্দ ঃ করিসু তৌদে।

লীলা ঃ (কোপিশিংদু পিরগা) সিনহাগী থবক্তুদি তৌবিরব্রা-তৌবিদ্রবা নত্রো? (অরবিন্দ তুমিন্না লৈ। ঙাইহাক লৈরগা) খুদিংমক ইকোক্তা লোয়না। নম্বর হাপ্লিদরে? কান্নরমদাইদদি করিগী চোংশিন্দুনা মতেংদু লৌরুরিবা?

অরবিন্দ ঃ করি মতেংবু লৌখ্রবগেনে?

লীলা ঃ খঙলে-খঙলে নঙনা যেল ওইহল্লেদনা। ঐনা খরা হায়রুই হায়দনবু। (ঙাইহাক লৈরগা) অতোপ্পা অমদা হায়জরল্লবদি ...

অরবিন্দ : ফরেনে, করিনো হায়নিংলিদো?

লীলা : (কল্পনা) মঙোন্দা করম হায়না খুম্নুগনি? মান্না মাগী ওফিসারলুনা করি খুম্নুগনি? মহাক্কী প্রমোশনদা কমদৌবা?

অরবিন্দ : পরীক্ষাসু পাস তৌবা ঙম্মরোইদবা অঙাংদুনা ঐনা কৈদৌরগনি?

লীলা : পাস তৌবা ঙমগদবা ওইরবদি নঙোন্দা করিগী হায়জরগনি? সিনহানা করি হায়গনি, খণ্ডবিরব্রা? য়াম্না তৌবিমল খণ্ডবা মীতানি!

অরবিন্দ : ঐনবু করি তৌবিমল খণ্ডদবা তৌগ্রবগে?

লীলা : নঙবু কনাগী মপানদগী থবকসি ফংথিবগেনে? য়ুমসিসু? হোস্পিতালগী খুদোংচাবসিসু কনানা পীবগে? নম্বর থরা খিত্তং হেন্না পীববু নোরোক তারগদ্রো?

অরবিন্দ : তুমিন্না লৈবরোইদ্রা!

লীলা : ঙসি ফাওবদা তুমিন্না লৈবা নত্তনা করিবু তৌগ্রবগেনে? নঙদি হবিশ্চন্দ্রগী অহাংবা তাংবনদুদা লেঙখৎপীরুবো!

[য়দু চঙলকই। অরবিন্দগী চহী লেঙ্গানি। মায়থোংদু ইপা পাখৎপগী মতৌনি]

য়দু : (অববিন্দদা) শহরদা করি-করি ঙাংনবি হায়বা তাবব্রা?

লীলা : করি- করম্বা পাউ লৈরগে?

য়দু : (অববিন্দদা) অয়ুক্তা থোকখি হায়বা থৌদোক্তু অচুম্ববা?

লীলা : অয়ুক্তা করি তৌগ্রগেনে? ঐঙোন্দদি করিসু হায়দেনা।

য়দু : হৌজিকপু করিনোনে তমগদৌরিবসিবো ইতেমা। লাইবকথিবনি ঐ ঙসিসি কোলেজদু হেক চংহৌবা ঙমহৌদ্রবা, অদুদা খুদোংথিবদু ইবুংঙোসিনা থোকহল্লমলিবনি।

লীলা : অদুবু করি থোকগ্রবগে হায়বা?

য়দু : খণ্ডবিরব্রা, ঙসি প্রসিডেন্টগী মচা নুপাদু নোট তৌরম্বগী মানা অতম্বনা ফারুই হায়নে।

লীলা : হায়বদি রাজকুমারবো?

য়দু : হোয়নে, রাজকুমারদো। শহরসিগী খ্বায়দগী ফত্থিদ্রবা গুণ্ডাদো। (ঙাইহাক লৈরগা। অববিন্দদা) পুম্নমক খঙনা খঙনা নঙগী কোক্তুবু বেরা লৈরব্রা?

অববিন্দ : ছুরীদু মমাঙদা থম্নগা শিল্লবদবু কনানো ফাগ্রোইদৌরিসে।

য়দু ঃ হৌজিকপু নঙ অঙাংলা, পুকচেল শেংবা, অচুম্বা তৌবা ইবুংঙো। ইঙনা লৈবা হায়খসিনা খ্বায়দগী লাইবক ফরবনি, অদুদি নত্রদনা।

লীলা ঃ (অরবিন্দদা) নঙোন্দা করি তৌরক্রবগে? নোট তৌরেদনা তৌজসনু। করিবু মাঙজরগে?

অরবিন্দ ঃ য়েংদুনা লৈবতনদি হান্নিংদু পাইখোকখিরোইনে।

লীলা ঃ অদুদি, খঙনরগে সিনিনে?

য়দু ঃ মদু নত্রবদি করিনো। হন্দক্তী শোৎ প্রেস্তা লোইশিনবা য়ারোইদৌরি।

লীলা ঃ পুম্নমকসি মহাক্কী মথক্তা লোইনা তারনি। (অরবিন্দদা) অদুক য়াম্না খঙলবা ফাওবদা নঙনা য়াত্রিবসিনা করিগীনো? চহী মতাংদুদা অদুম হায়না থৌনা ফবা উৎলুরিবদুবু চাম্নরিব্রা?

য়দু ঃ হৌজিক্তদা করিগী তকপিরিবনো। পুন্সিচুম্না মাগী শরৈ ইন্দুনা লৈরগা হৌজিক্কা করিগী শাওদৌরিবা?

লীলা ঃ ঐগী ইবাবু কনানা লৌবিখিবগে?

য়দু ঃ তাদ্রবদি মায়োক্তা লেপ্পা তাবনি। অদু নত্রবদি মাগী ঙকচাঙ থেকপগী হৈনবিদুদি কদাইদগী থাদোক্কনি।

অরবিন্দ ঃ ঐগী বাসিসু খরা তাবিররোইদ্রো?

য়দু ঃ নাকোংসে শিংজা য়ৈশিন্নে নঙগী বা তাবদা। চহী অমা অনীসিদা নঙনা প্রিন্সিপাল ঐনা ভাইস প্রিন্সিপাল ওইরক্নি হায়বসে করম কান্দা খনগ্রবগে। (ঙাইহাক লৈরগা) নশাবু হান্না কল্লু অদুগা অতোপ্পদা খুৎথাও।

অরবিন্দ ঃ ঐঙোন্দা থোক্লিবসি নঙোন্দা থোকলম্বা ওইরম্নবদি নঙ কমদৌনি?

য়দু ঃ ঐবো? ঐঙোন্দকা ওইরম্নবদি চে লৌরন্দরগা পীগনি। অদুগা হায়গনি— শিন্নু ইবুংঙো শিজিন্নু, মপা কনানবু লাক্নুনা খঙগবনো!

অরবিন্দ ঃ করি হায়বা নঙ ফাওবনা অদুম্না হেক খনব্রা?

য়দু ঃ ঐ খনদে? খনবা ফাওবদি কান্নগনি? অদুবু নঙদি মিডল ক্লাসকী মীওই ওইনা তৌরদনা। করিসু লৈতবা বাহঙসিবু হেক-হেক হংদুনা বাসে চাওখোকহল্লি। হঙলিবা নঙবু কনানো? অতোপ্পগী মফমদদি বাহংসে করিসু লৈরমদবা য়াই, য়দু

ভাই। অদুবু ঐঙোন্দি শিবা চক্রবর্তী বাফমনিনে। প্রোফেশনেল এথিকস্নকী বাহ্যনি।

য়দু ঃ লেকচরদো তোক্লো। নঙবু বিমলেন্দুগী দ্রোণাচার্য্য নাটক য়েংখ্রা, নঙগী থাখল্লদুদা অমুক চপ্তক্রেদো। (ঙাইহাক লৈরগা) মিডল ক্লাসকী হৌনবা পাক্তবদু থিং তৌরনু। চংলো, প্রসিডেন্টগী মখোঙ কোন্দুনা হায়জৌ। কেসতু নমশিন্দুনা থমহনখ্রো।

অরবিন্দ ঃ য়দু!

য়দু ঃ মসি নত্রবদি করি তৌনি? ইমা কেন্সরনা নাদুনা হোস্পিতালদা লৈরি। ইচল লুপ্রাবীদুনা থাগী অহানবা তারিক্তা নঙগী মনিওর্ডর ঙাইরি। অঙাং সু মেডিকেল কোলেজদা তম্নবা থাজিনগদৌরি। ময়ামসি থন্দুনা য়েংঙু। নঙগী অপঙবগী মতৌদু থাদোকখো।

লীলা ঃ মাবু ঙাংনবা হায়বসে অরেম্বনি, ওজা য়দু! ফনবা হায়রুবা খুদিংমক মাগীদি য়েক্লবনি। ইরাইবকসে শুক্তিঞ্জবতদা পুন্সি তথায় অমদি হৌখ্রবনি।

য়দু ঃ (অরবিন্দদা) নঙনা প্রসিডেন্টগী মচা নুপাদুগী রিপোর্ট তৌখ্রে?

অরবিন্দ ঃ মদুদা করি তৌরগে?

য়দু ঃ ঐখোয়গী প্রিন্সিপালনদি থৌ-বা শারম্লোইনে। করি হায়রকই?

অরবিন্দ ঃ রিপোর্টতু নমশিন্দুনা থমনিংঙি। ঐনা রিপোর্টতু লৌথোকচখিনবা হায়দনা নমশিন্দুনা থমলিবনি।

লীলা ঃ অদু ওইরবদি করিগী লৌথোক্লিবনো? (ঙাইহাক লৈরগা) হায়রোদনা শোইখিবনি হায়দনা।

অরবিন্দ ঃ রিপোর্ট অমুক হন্না লৌথোকপগী বা লৈতে। বাসে আ য়ৌনখ্রবা পোৎনিকো।

য়দু ঃ অদু ওইরগা শিজন্নেদনা! হৌজিক প্রসিডেন্টনা থবক্তগীসু তাহোক্লগনি, মতমদুদা বাখল লৌশিং থোক্লকখিনি।

অরবিন্দ ঃ অদুন্না হেক্তা তাহোকপা য়াগপ্রো? প্রোফেসার অতৈদি তুমিন্না যমদুনা লৈন্নদরো?

য়দু ঃ করম্বা মফমদনো হিংলিবসিবো। নঙ থঙপ্রে, নতেং পাঙবদি লাইবু লাইরি নঙবু হন্দুনা ঙাংনন্নিবসিদি।

অরবিন্দ ঃ করি মরমগী?

য়দু ঃ করিগীনো হায়ববু নঙনা প্রসিডেন্টবু শাওহনবা, ডী. এ. নুঙ

এ. হাপকন্দবদুসু চেদা লেঙলনা লৈহল্লিবসি পুম্নমক্নদি নঙননি হায়না খন্নরে।

অরবিন্দ : হায়রিসিনদি কনামতনা ইতেংপাঙলরোই অসিরা?

য়দু : বিমলেন্দুগী মতেংবু কনানা পাঙখিবগে? পুম্নমক মীকিথিগী মতৌওম ময়ুমদা ফমদুনা লৈনখিবঙাকনি। গুণ্ডাশিংদুনা লমলোং মরী ফাংবদা মহাক্কী মথবায়দু লৌবিখরেদনা - করি থোক্রে? মহাকসুনি ইনাকখুনবা অমগী মচাবু নোট তৌরম্বদগী ফারুইদনা। অমখক্তি জবান পীনবা চোংথোকপিরকখি- অতৈদি মখুৎপুনদুনা লোৎখিবদো।

অরবিন্দ : বিমলেন্দুগী মমিং পল্লগা ঐবু কিহল্লীবা হায়দুরো? কনামতনা মতেং পীবা-পীদবা, ঐদি রিপোর্টতু লৌথোকপগী বা লৈতে।

য়দু : নঙ নথন্তা করিসু তৌবা ঙম্লোই। কান্নদে হৌজিকসু মতম লৈরি। ঐনা হায়বা য়াও রিপোর্ট লৌথোকউ। (চৎনবা শেমশারকই।)

অরবিন্দ : কদাইদা চৎকদৌরিবনো?

য়দু : পাউ খরা লৌরুখিগে। অঙাংশিংদু করিগুম্বা থৌরাং খরা তৌনবা শেম শারমগদবা মাল্লী। মখোয়গী অপাম্বা করি লৈবগে হায়দু খঙদোকপা যেন্না। ঐগী বাফমদুদা অমুক্তা খল্লম্মু। কনামতনা নতেং পাঙবিনবা লৈতে। কনাদসু থাজবা থম্লুনু।

[ য়দু থোকখি। মিংকুপ খরা পুমচিক চিকই।]

লীলা : (ইথক থক্কৎনা) খঙবিরেদনা অদোমগী য়ুমসিগী ওইরিবা ফিভমসি? পৈশাগী লিচিংসে কয়াদা কনগ্রবনো। অদুগা নঙনা অনৌবা খুদোংথিবা অমা অমুক থোকহনদৌরে।

অরবিন্দ : ঐ থবকসি থাদোক্রগনি।

লীলা : করিসু লৈতবদুগী। থবক থাদোক্রগা য়ুমদা ফমদুনা লৈরগে হায়বা। করিনো নতোমতনা লৈবাকসি শেম্নগে হায়রিরো?

অরবিন্দ : করম্বা কান্দা ঐনা ঐগী অনীংবা অপাম্বা পাঙথোকগ্রবগে?

লীলা : করিগী খন্থবিদবনো, হৌজিকপু লম্মুকনদুনা লৈবগী চহী মতাংলো? লুহোংবসি চহী কুনদি ওখ্রে। করম্বা বাবু তাবিগ্রবগে। (ঙাইহাক লৈরগা) ঈশ্বর য়েংবিদুনা অসিগুম্বসি তৌবিগনু, চারা হেন্দুনা তোকনি।

অরবিন্দ : হৌজিকপু কনানা-কনাবু কিগদৌরিবনো, লীলা? কোলেজবু দুকানগুম্না যমলিবা প্রসিডেন্টবুরো? (ঙাইহাক লৈরগা) খুবী শোই তৌবা মেম্বরশিংদুবুরো? মীমাং খোজুনা বা ঙাংবো ঙমদবা মহাক্কী খোংলোইশিংদুবুরো? (ঙাইহাক লৈরগা) লৈবাক মচা তাদবা প্রিন্সিপালদুবুরো? ছাত্রশিংদুবুরো? করিনো পুন্সিচুম্না কিদুনতা লৈরগদ্রা?

লীলা : নুপা মচাশিংদুবু থাজনিংঙাই ওইরিবরো। মখোয়না কনাদবু মতেং পাঙগ্রবগেনে? করিগুম্বা বিমলেন্দুগুম্না ... ঐনা হায়রিসিনি করিগী শিংচেপ ওইবিগদৌরিবনো?

অরবিন্দ : যদ্রে, য়েংবো হায়দুনি। (চুরুপকী পেকেটতু হাংদোক্লুনা য়েঙই।) চুকপ লৈরুখিগে।

লীলা : তাঙ্গাসিদা মপান থোকপিগ্রনু।

অববিন্দ : কিরিবা হায়দুরা? অদুক য়াম্না কিরবদি করম্না থবক পাঙথোকদৌরি?
[ অববিন্দ থোকখি। লীলা পাখংনা লৈহৌই। চাইদুনা লৈবিবা চে চাঙশিংদু লোইশিল্লি। টেবল ফিদাদু শেমজিন শাজিল্লি। প্রিন্সিপাল চঙলকই। চহী হুমফুগী মাযানি, য়েংবদদি হেনবা মাল্লি। মথিক নেম্মী। মমিৎ নাম্মা তাঙঙি। ]

লীলা : (ইঙক ঙকনা) অদোম?

প্রিন্সিপাল : কবি তৌনি; লাকপা তাবনি। খুদোংথিবনা ইমাঙদা লেপ্পবদা। মতেং ফংদ্রবদা কদাইদা চৎকনি। ফত্তবা নুমিৎতু লাক্রেদনা!

লীলা : অদোমনা মহাকপু থেংনবিরক্তব্রা? হৌজিক্তা থোকখিবনি।

প্রিন্সিপাল : কবিগী থেংনহৌদনি! মদুগী কান্নবা করিনো?

লীলা : অদোম্না খাম্বী হৌদব্রো?

প্রিন্সিপাল : মহাকপু খাম্বা কনানা ঙমগনি? করিনো তৌগদৌরিসিবো?

লীলা : অদু ওইরবদি অদোম মঙোন্দা বারী শান্নবা পাম্বীদ্রে?

প্রিন্সিপাল : খরা তাবিরবদি বারী শান্নগদবা। মদুগী কান্নবা লৈরম্নবদি শোয়দনা শাজরমগনি। চৎগ্রে। মতেং ফংদ্রবদা কদাইদা চৎলুগনি ঐ?

লীলা : অদুবু অদোমদি অমুক?

প্রিন্সিপাল : নঙোন্দা ওইনা বারীসি শান্নরগে হায়দুনা লাক্লিবনি, নঙ ফাওবদি হায়বিবা ঙমগনি। হায়বদি ঙমনিকো?

লীলা ঃ ঐনবু করি হায়বা ঙমলুগনি?

প্রিন্সিপাল ঃ অদু ওইরবদি কনানো হায়বিগদৌরিবসে? য়েংঙু, পুন্নমক ইফন্দা ফজরম্বনি। প্রসিডেন্ট সাহেবসু য়াম্না হরাওজরম্বনি। ঙম্না তলব ফংনদ্রে। জী. এ. সু পীনবা খন্নরিবনি। অদুবু মরম চাদনা অৱবিন্দনা খুদোংথিবসি তাহল্লিবনি। মসিদনি পুন্নমকনা ফত্তবা নুমিৎ হায়নরিবসি, খঙবিরেদনা?

লীলা ঃ ঐনা হায়জববু কদাইদগী য়াবিগদগে?

প্রিন্সিপাল ঃ অদু ওইরবদি নুপী ওইরুবগী করি কান্ননি? নোট ফাবা কৈদৌবসিদি জুনিয়ার লেকচরশিংগী মথৌনি, সেনিয়ারশিং-গীদি লেমজনিংঙাই ওইদে হায়জরিবা? ফরে, শোইথিবসু ওইরম্বা য়াই। হৌজিক্তি চুমথোকপা তারেদনা।

লীলা ঃ ঐ য়ানিংদবা তৌদে হায়বা? মদুদা মানা য়াবিগদ্রা?

প্রিন্সিপাল ঃ হৌজিকপু নঙোন্দা করিনো তমগদবা? শহরসিদা ফত্তবা থৌদোক থোক্রগদ্রা হায়না কিরম্বনি। নুপা মচাদুনা ঐবু ইথরায় লৌগনি হাযনা কিহন খোৎহনবা তৌরম্নবনি।

লীলা ঃ অদোম্বু?

প্রিন্সিপাল ঃ হোয়নে, ঐঙোন্দনিনে। হনুববা কানসিদা। কবিদি উপাই লৈবি? খাঙবা তাবনি। থবক তৌগে হায়ববদি মীবা মৈশা লাংবা তাবনি।

লীলা ঃ অদুবু রাজকুমারদুনদি নোটতি তৌইদনা?

প্রিন্সিপাল ঃ হৌজিকপু ঐঙোন্দা হংলিবা কবিগীনো। খরা অদুক তৌজবদুবো কনাগী করি মাঙজবনো? মানা তৌবনা মানা ফংজবা। মপা কনাগী মাঙজবনো।

লীলা ঃ অদু ওইর'সু।

প্রিন্সিপাল ঃ হৌজিক ফাওবা নঙ খঙদ্রি। নোট থিঙ্গেবা থিংলোইরা, কোলেজদি শোয়দনা থিংজিলখ্রনি। থবক তৎলগনি। ফত্তবা নুমিৎ নত্তে করম্মা হায়রোই।

লীলা ঃ বাফমসিবু আ য়ৌনগদৌরিব্রো?

প্রিন্সিপাল ঃ আ য়ৌশিনবা। নত্তেনে মদুদগীসু হেনজিল্লকপা য়ারিবনি। প্রসিডেন্ট সাহেবসে ঐখোয়গীদি অমতা ঙাইরবা মপুনি, নুংঙাইহনগে ঙমলিবা। মহাক্কী কোলেজ, মহাক্কী অপাম্বা।

অদুনবু হায়রিবনি, থবক তৌগে হায়রবদি মাকোং মেনশিল্লু, মিং উইশিল্লু। চিন কাখোক্লুনা লৈয়ু ঙাংলগা নত্তে, চানবা।

লীলা : কোলেজ খিংজিল্লগনি হায়রবসে থাজৈশেংনো থাজবিব্রা?

প্রিন্সিপাল : অদু নত্রবদি কৈদৌনি। খন্না খনবিয়ু। পুম্নমক নুপী অন্তাং থাক্লরিবনি, কদাইদা চৎলুগনি? অকন অরিং শিঙ্গুলাকউ য়াবা জাৎ নত্তে।

লীলা : (য়াম্না নুংঙাইতবা খোঞ্জেলদা) অদুবু মহাক্তি মতম পুম্বদা নিয়ম কানুনগী ৱাদা ঙাংদুনা লৈদো।

প্রিন্সিপাল : হৌজিকসু কদাইদগী নিয়ম কানুননো? হৌজিক ইমুং নীফুগী চাক থুংগী ৱাফমনি লৈরিবসি। করিবু খঙলবগে চাকথুংগী ৱাফমসিদা। ফত্তবা নুমিৎ হায়বদো লাক্রবনি!

লীলা : ময়ামগী ইহৌ লাক্রোইব্রো?

প্রিন্সিপাল : কনাগী মতিকনোনে? তমথিব্রবা মীদুগা মায়োক্নগদবসিবো। নুমিৎ চুপ্পা চৈ থাংদুনা লৈরিবনি, গথাবু হায়বনে, অপঙজাওবু হায়বনে মহানি। করি উপাইদি লৈরি, তাবা তাবনি। মদু তাক্লব্রবদি চঙফম লৈতে। থবকসে তৌগে নিংলিবনা।

লীলা : অদোমগী ৱাফমদু ভাব তাজরে, প্রিন্সিপাল সাহেব। মসি মহাকসু খঙগদবনি; অদুবু মানদি মনাদা হাপ্পীদেদো?

প্রিন্সিপাল : অদুবু কনানো খঙজনবা হোৎনগদৌরিবসে? হৌজিক্তি নঙনা তাকপীরো, ঐনা হরাওজনা মতিক চাজদে হায়জখিব্রদো? অদুবু ঐনা মসি হায়দোকচবদা য়াম্না নুংঙাইজরিবনি। মরমদি থবকসি তৌগদৌরিবনিনা। (ঙাইহাক লৈরগা) হৌজিক ঐগী ৱাসি তোকখিসি, নঙগী খল্লুনে। থবকসে তোক্লবদি কনানো ৱাহৌদৌরিবসে? নঙ নত্রো! কনানো পুকিগদৌরিবসে? নঙনি। য়ুমসি কনানা পুবিগদৌরিবগে? হন্নুরবা কানসিদা নোরোক্তা তারগদ্রো? (ঙাইহাক লৈরগা) ফত্রে, মসিগী ৱা ঙাকসু নত্তে। অদুবু হিংনবগীদমক চাবদি তাই। থবায়দি কনবা তাবনি। উস! করম্বা নুমিৎনো লাক্লিবসে। ওজাগী খুদোংথিনিংঙাইসু ওইরেদো।

লীলা : হায়রিসিবো বিমলেন্দুগী মতৌঙম্নরো ...?

প্রিন্সিপাল : অমা হেক্তা ওইবা য়াই। শিখরেদনা উপায় লৈজদবদো।

হৌজিক্তি করি ওইহৌরে? মহাক্কী নুপীদো য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইত্রেবো। খল্লুসে, মুমদনা মমলগা মান্দিরদনা থাংমৈ ঙাল্লনা থাদকা করি কাদগনি?

লীলী ঃ মঙোন্দা হায়জগে। লোয়না নীংশিংজরগে।

প্রিন্সিপাল ঃ হোয়নে, অদুনিদনা মীওইবগী লোনচৎ হায়বদো। নুপীতনা নুপাবু জ্ঞান তাহনবা ঙম্বনি। হাবিয়ু মঙোন্দা। থবক তৌবা তম্মু হায়দনা। হৌজিকপু ইচিননিনা নহাকপু থাগৎলুদনা করি কাম্নগবনো। চহী কুন্না থবকসি তৌরক্লবনি। পুরা চহী কুন্না। দেদা-দেদা তৌদুনা পুজারিদগী প্রিন্সিপাল ওইরক্লিবনি। খৎনরক্লবদি কংখিদ্রদো? খৎনরক্নু-খুরুম্মু। খল্লুনু- য়াশিল্লু। খঙলেদনা? অদুদি তম্বীরো। ঐ য়ৌরেকো।

[প্রিন্সিপাল থোকখি। লীলা চপ য়ুংনা লেপতুনা লৈহৌই। অমুক চে-চাংশিংদু খোমজিনবা হৌই। অরবিন্দ চঙলকই।]

অরবিন্দ ঃ মাগী প্রিন্সিপাল হায়বা অসিনা করিগী মফমসিদা লাকলম্মিবা?

লীলা ঃ (কল্লা-হৈথাননা) রাজাও ঙাংবা।

অরবিন্দ ঃ নচিন্দুবু অচুম্বা বা অমতা ঙাংথোকপা হৈত্ত্রবা?

লীলা ঃ কনানবু তাবিখিগেনে?

অরবিন্দ ঃ করিবু হায়রম্বগে হায়বা?

লীলা ঃ তাকপীরম্লিবনি।

অরবিন্দ ঃ নঙোন্দবো?

লীলা ঃ নত্রবদি নঙোন্দরা।

অরবিন্দ ঃ করি পাউতাক পীরম্লিবনো?

লীলা ঃ খঙজিনবদা কাম্নবা বা হায়রম্লিবনি। (ঙাইহাক লৈরগা) অদুবু নঙোন্দদি খঙজিনবা হায়বসে য়েরুবনিদো।

অরবিন্দ ঃ শেংনা হায়ররোইদ্রা।

লীলা ঃ রিপোর্ট লৌথোকনবা হায়রম্লিবনি। (ঙাইহাক লৈরগা) চৎলো, রিপোর্ট লৌথোকপীরু।

অরবিন্দ ঃ লীলা।

লীলা ঃ হোয়নে, লৌথোকউরো। মদুনা পুন্নমকী য়াইফবা ওইগনি।

অরবিন্দ ঃ নঙমকনসু ঐবু ফত্তবা থবক তৌবসি পামলব্রো?

লীলা ঃ হৈ শিনো থবক তৌ। চহীকুন শুরবনি লুহোংবা। অহানবদদি

ঐবু অসুপ্পা নঙগী অপাম্বগী মা : লৈরম্লা? অদুবু ঙসিদি ঐনা ছায়রবা ইনবা তাই।

অরবিন্দ : লীলা, ঐঙোন্দা রৈথবলকনু।

লীলা : (খোঞ্জেল কম্লগনা) করিগুম্বদা থনগ্নরা? ঙুমসিদা কনানো মথক্তা হিংলিবসে? নঙনে, নঙ নথক্তনি। ঐখোয় হিংলি হায়বসে নহাক্না করিগুম্বদা নীংশিংখরা। (ঙাইহাক লৈরগা) নঙনা অরেপ্পা অমদা লৈগ্নবদি ঐখোয় করম্না হিংগনি। অদুবু ঐখোয় অসুপ্পা হিংলকখি। হৌজিক্তি মদু য়াররোই।

[ তাঞ্জাসিদা চন্দ্রু থোংজিনলোমদা উরম্মী। চহী কুনগী ময়া কোলেজ ছাত্রগী ফিজোল। লীলা মিৎকুপ থরা লেপ্পী। অদুগা ইমুংলোমদা চঙখি।]

অরবিন্দ : (ইঙক ঙকনা) নঙ?

চন্দু : করি তৌরুনি, সার, লাকপা তাবনি।

অরবিন্দ : হৌজিক অমুক করম্বা নতিক নথৌনাদনো?

চন্দু : ঐগী করি ইতিক ইথৌনা লৈজগদৌরিবনো? (ঙাইহাক লৈরগা) থৌনদি ঐখোয়গী প্রোফেসারশিংনা উৎপীরগা।

অরবিন্দ : অরানবা পাম্বে শিন্নরবসু ইকাইবা পোক্তে?

চন্দু : লাকপদা ঙাইরি। হংবা ফাওবা হংদ্রি? (ঙাইহাক লৈরগা) ·হৌজিক অদোম কনাগুম্বা অমতদা থাজবা লৈবিদ্রে।

অরবিন্দ : মীনম্বা ঙাংলেদনা। নোট তৌরবসু ইকাইবা পোক্তে? (ঙাইহাক লৈরগা) নঙোন্দা থোক্লিবদু অতোপ্পা অমদা ঙইরম্নবদি ইকাইবনা শিরম্লগনি।

চন্দু : ঐনা থল্লম্বনি অদোম শোয়দনা বাফমদু হায়রকনি হায়না।

অরবিন্দ : বা থৈদোক্লগা ঙাংবসু হৈরেনে?

চন্দু : ঐনা থাজে মদুদি য়ামদ্রবদা অদোমনা অচুম্বা থরদি শোয়দনা থিনবা হোৎনবিগনি।

অরবিন্দ : ঐ করিগুম্বা অমতা তানিংদে। আই ডিসলাইক য়ু। গেট আউদ!

চন্দু : অদোম ঐগী বা অমতা তাবিররোইদ্রা?

অরবিন্দ : করিগী তারুগনি?

চন্দু : অদোম্না তাবিদ্রবদি কনানা তাবিগনি? (ঙাইহাক লৈরগা)

তাবিরবা মতুংদা ঐনা অরানবা ওইরম্লবদি সেন্দলদু লৌথোকলগা মশিং থজনা যুবীয়ু।

অরবিন্দ ঃ (মিৎকুপ থরা থন্নগা) কম্মু, তান্নগে।

চন্দু ঃ ঐ নোট তৌজদে, সার!

অরবিন্দ ঃ কন্নি, নঙ নোট তৌই।

চন্দু ঃ নো সার, ঐ নোট তৌজদে।

অরবিন্দ ঃ য়ু আর এ লায়র! প্রোফেসার মিশ্রনা মীনম্বা ঙাংগদ্রো?

চন্দু ঃ ঐ নোট তৌজদে, সার!

অরবিন্দ ঃ চেদু কনাগী মথুৎতগীনো?

চন্দু ঃ ঐগী।

অরবিন্দ ঃ অদুদা কাওবা ...

চন্দু ঃ (মরক থৎনা) অদুবু ঐ চেজেত্তু শিজিন্নখিবা লৈতে।

অরবিন্দ ঃ দিস ইজ নো আরগুমেন্ট।

চন্দু ঃ ঐগী মাওদা কনা কম্মী হায়বসি অদোম খঙবিরব্রা? রাজকুমার।

অরবিন্দ ঃ মদুদা কৈদৌরবা?

চন্দু ঃ মহাক্না ছুরি মমাংদা থমদুনা নোট তৌই। প্রোফেসার মিশ্রনা কাদুদা ডিয়ুটি তাবম্মী। (ঙাইহাক লৈরগা) মহাক উরবসু উশিন্নদবা সাই। রাজকুমারগী ফমফমদগী থাপনা চৎতুনা লৈবম্মী।

অরবিন্দ ঃ মদুদা নঙনা নোট তৌদে হায়বদু কদাইদা য়াগদৌরি।

চন্দু ঃ সার, ঐগী বাসে লোইনা তাবিখো! রাজকুমার মনাক্তগী চে অমা ঐঙোনলোমদা পাইশিল্লকই। ঐনা চেদু খুনগৎলি। ঐনা খল্লুই প্রোফেসার মিশ্রদা পিগে হায়না। অদুবু মহাক্না খুৎলৈ থুনা চংশিল্লক্তুনা ঐগী খুৎ ফাখিবনি।

অরবিন্দ ঃ মতমদুদা নঙনা করিগী য়েংথৌদে?

চন্দু ঃ ঐনা য়ান্না হায়জবনি, সাব! অদুদা প্রোফেসার মিশ্রনা তাবিখিদে।

অরবিন্দ ঃ নঙনা অরানবা থরা তৌরমগনি।

চন্দু ঃ ঐনা করম্বকান্দা অরানবা তৌগ্রবগে? মহাক্না ঐবু ইন্দুনা প্রিন্সিপালগী কাদা পুশিনখিবনি।

অরবিন্দ ঃ নঙনা নঙগী বাদু প্রিন্সিপালদা করিমতা হায়দব্রা?

চন্দু ঃ মফমদুদা প্রিন্সিপালগা কোলেজগী প্রসিডেন্টগা কম্মীন্নদুনা

লৈরম্মী। (ওইহাক লৈরগা) সার, মহাক্কী মিনোক্তু অসুক্কী মতিক তমথিরম্মী।

অরবিন্দ : অদুদগী কৈদৌরব্বা?

চন্দু : মদুগীতুংদা ঐবু কাদগী মপানদা ওইহাক লৈরনবা হায়রকই। ওইহাক্কী তুংদা কৌশিল্লকই; অদুগা ঐগী রিপোর্ট য়ুনিবর্সিটীদা থাখিবনি।

অরবিন্দ : (খল্লদুনা) নঙ নোটতী তৌদেদ্দবা?

চন্দু : তৌদে, সার। সারসু হায়রবীয়ু, ঐনা করিগুম্বদা নোট তৌগদ্রা?

অরবিন্দ : অদু ওইরবদি অচুম চুমদা থিদনা করিগী দদ্দী পীরিবনো?

চন্দু : খণ্ডনা-খণ্ডননি।

অরবিন্দ : খণ্ডনা খণ্ডনা দদ্দী পীরিবদি মখোয়সিবু নঙগী য়েক্লবরো।

চন্দু : ঐগী পবুংগা প্রসিডেন্টগা রাজনীতিদা মত মান্নদে। লাকদৌরিবা ইলেকশনসিদা প্রসিডেন্টগী মায়োক্তা মীরেপ ওইগদৌরি। হায়রিবসিগী মরক্তা ঐনা বলী ওইরিবনি, সার।

অরবিন্দ : ঐঙোন্দগী করি পাম্বগে?

চন্দু : অচুম্বা।

অরবিন্দ : হায়বদি?

চন্দু : ওসি অদোম্বা রাজকুমারবু ফারেদনা?

অরবিন্দ : নঙনা মঙোন্দগী করি পাম্লিবা?

চন্দু : ঐ হংজবা লাক্লিবনি রাজকুমারগী রিপোর্ট য়ুনিবর্সিটীদা থাবীগদৌরিব্রা। থাবিরোইদৌরিব্রা?

অরবিন্দ : ঐনা ঐগী ইথৌদু তৌগ্রে, মথাক্তাবদি প্রিন্সিপালগী মথৌনি।

চন্দু : নত্তে, সার। অদোম্বগীসু য়াম্না তৌফম থোকপা লৈরি।

অরবিন্দ : মতৌ করম্না?

চন্দু : রিপোর্ট নমশিন্দুনা থম্লি। অদোম্বা রিপোর্ট য়ুনিবর্সিটীদা থাবা মথৌ তারি।

অরবিন্দ : মখোয়না থাবিদ্রবদি ঐনা করি তৌবা ঙমগনি?

চন্দু : অদোম ঐখোয়গী মীচংদা লেপ্পীগদবনি।

অরবিন্দ : হায়বদি?

চন্দু : হন্দক্তি ঐখোয় শিবা চঙবা খণ্ডনা লাম্ছেংনগনি। কোলেজসি মমৈ মকোক ওম্ছোকনি। ঐখোয় অচুম্বগীদমক লাম্ছেংনগনি।

হুন্দক্তি রাজকুমারগী লিৎকম লৈত্রবনি।

অরবিন্দ : হায়রিসিনদি নখোয় অন্দরোম তৌগদৌরিনে?

চন্দু : মসি নত্রগদি অতোপ্পা খৌরাং অমা লৈত্রে।

অরবিন্দ : নখোয়না কয়ম্বা খঙজরিবনো রিপোর্ট নমশিনদুনা থমথ্রনি হায়দি?

চন্দু : করিগীনো হায়ববু রাজকুমারদি প্রসিডেন্টগী মচানিদনা।

অরবিন্দ : মদুদা করি তৌরগে?

চন্দু : মহাক্কা প্রোফেসারশিংবু মপাগী মীনাইশুম্না খল্লি অদুগা কোলেজসিবুনা মহাক্কী মরন মথুমশুম্না খল্লি।

অরবিন্দ : মদুদা ঐনা করি তৌবা শুমগদৌরিবনো?

চন্দু : অদোমসু ঐখোয়গী মায়গৈদা লৈবিগদবনি। অদোম ঐখোয়গী মায়গৈদগী লাছেংনবিগদবনি।

অরবিন্দ : ঐবু নখোয়গী মরক্তা করিগী ..

চন্দু : করিগীনো হায়ববু অদোম্না মতেং পীবিবা ওইরবদি ঐখোয় শোয়দনা মায় পাকনি। মদু ওইরবদি মতম চুপ্পগী ওইনা নোট হায়বদু মুৎথ্রনি। অকন অরিংগী ফম্ভবশিংদু মুৎথৎলগনি। অদোম মতেং পাওবিগনিদনা? মীয়ামগী মমাংদা হায়গনি মদুদি রাজকুমারনা ছুরি থল্লগা নোট তৌই হায়না?

অববিন্দ : অদুম ওইনমক নহাক করম্না খল্লুরিবনো, ঐনা অচুম্বগী মায়গৈদা লেপ্লোই হায়না।

চন্দু : করিগীনো হায়ববু মীওইবসি তাঞ্জাবু ফংলবদি ফিরেপ হেক্তা হোঙ্গল্লি।

অরবিন্দ : ঐবু অদুগুম্বা মীওইদৌনা ...

চন্দু : নো, সার! মদুগী বা নত্তে। অদুবু মরানদু নমশিল্লকপা য়াই। অদোমদা কিহল্লকপা য়াই। মদুদি থবক্তগী লৌথোক্ননি হায়না। থবায় লৌগনি হায়বগী কিহল্লক্রোই হায়নিংঙাই লৈতে।

অরবিন্দ : ঐ অদুগুম্বা ধমকীদা কিগদবা নত্তে।

চন্দু : স্টাফ পুন্নমকসিদা অদোমনি থাজরিবা, সার! হয়েংদি থোং-জিনদা ফমদুনা, ধারনা তৌরগনি। রিপোর্ট পিত্রবদি পরীক্ষা থাহল্লোই। অদুবু অদোম ...

অরবিন্দ : করিগী ঙাংবা লেপ্পি? (লীলা চঙলকই।)

চন্দু ঃ অদোমগী ফিরেল হোংপ্রবদি মীংশিংবিয়ু, ঐখোয়না অদোমবু লেমনা খাজরোই।

অরবিন্দ ঃ অদু ওইরবদি নঙ ঐবু শীলেবা লাক্লিব্রা?

চন্দু ঃ অদোম্বা খনবিনীবো অমা খনবিয়ু। লাক্কঙসিদি ঐখোয়গীদি শিবা চঙবা অনীসিগী বাহং ওইরবনি। ঐখোয়দা মতেং পীব্রবা, অদু ওইরবদি ঐখোয়গী মায়োক্তা লেপ্লে খনগনি। ঐ হায়জবা লাক্লিবনি, লোয়ননা পুক্লীংবুসু চিংশিন্জরিবসিনি।

অরবিন্দ ঃ অদুগুম্বা বাঙাং শাঙাংদুবু ইকাইবা পোক্তব্রা?

চন্দু ঃ মতমসিদা ঐনা ঐগী মরূপ মপাঙ ময়ামদুগী মহৎশিঙ্গদুনা ভাংজন্নিবনি। হন্থ্রগা মখোয়দা পাউসিমক তমজরগদৌরিবনি। খরা শেংলা ভাংথোকখিবগীদমক ঐবু ভকপীগনি। (ভাইহাক লৈরগা) অদোম্বা ফিরেপতু হোংপ্রবদি ঐখোয়না খ্বায়দগী অচৌবা মরাল লৈবনি খঙ্গগনি। করিগুম্বা ফত্তা নুংদা থোকলক্রবদি, মদুগী দাইত্বদি অদোমনি।

[ চন্দু থুনা মপানথোকখি। অরবিন্দগী মাইথোংদা লাংতক্লবগী মতৌ উই। ]

লীলা ঃ উরেদনা নঙগী অচানবা সেককসি। কয়াদা চাওখৎতবা বাঙাং শাঙাং ভাংলিবনো। মখোয়সিগুম্বা চাওখৎতবশিংসিগা করিগী শঙ্গ ওইগদৌরিবনো?

অরবিন্দ ঃ মহাক্কী মরালদি নত্তে।

লীলা ঃ তশেং তশেংনা নত্তোন্দা ধমকা তৌরমদব্রা?

অরবিন্দ ঃ লমচৎ বেব্যহার, ধমকীগী বাঙাং শঙাংদুবুদি হৌজিক্তদা খঙলকই।

লীলা ঃ মদু ওইরবদি নঙ নুপা মচাশিংসিগী মায়গৈদা লেপতুনা অথঙ অহে শারগেরো?

অরবিন্দ ঃ মখোয়গী মায়গৈদনা অচুম্বনি।

লীলা ঃ করিগুম্বা ফুন-চৈনবা নত্রগা ভুরিনা করিনা খিল্লকপা থোক্রবদি করি তৌনি? নঙবু ময়ামসিগী মরালদু নমশিনবিরক্কনি।

অরবিন্দ ঃ অদু ওইরগা ঐ মীনম্বা ভাংঙুরো?

লীলা ঃ (খোন কল্লপনা) মদু ওইরবদি ঐনা হংলিবসিনি অচুম অরান বিচার তৌবিনবা নঙবু কনানা জর্জ ওইবিয়ু হায়গে? করম্বা

কান্দা ঐনা হায়বা য়াম্রবগে? করারক হল্লা হায়রবনি মখোয়গা বেরা চাকা তৌনবিনু হায়দনা অদুবু ...

[ প্রসিডেন্ট চঙলকই। চহী ৫০ মুক্কী কিন্নম্নি য়েংবদা মতিক মঙাল চেনবা মীওইনি। চিন্দ শিগয় চুপ্নি। খোঞ্জেল য়াকই। মঙমনিন্দা লীলা ইমুংলা চঙখি।]

অরবিন্দ : অদোম? হৌজিকপু?

প্রসিডেন্ট : অদোম্না লাক্তবদুদা ঐনা ওইলা চৎকুরগে হায়দনা লাক্রবনি। (ওাইহ্যাক লৈরগা) বাসি হৌদোকখিসিরা নত্রগা শেংলা হেক্তা হংঙ্কুরা?

অরবিন্দ : শেংলা-শেংলা হংবিন্ধু।

প্রসিডেন্ট : অদোমগী করি কিরেপ লৈখিবগে?

অরবিন্দ : ঐ রিপোর্ট অমুক হন্না লৌথোকচররোই।

প্রসিডেন্ট : নুংঙাই। ঐ অদোমগী পুক্চেল শেংবদুদা কিজরিবনি। (ওাইহ্যাক লৈরগা) অদোমগী করম্বা বাখল্লোন লৈখিবগে, হায়বদি মরাল লৈবা মীবু দন্দী ফংগদ্রা ফংলোইদ্রা?

অরবিন্দ : বাফমদুগীনি লেপচরিবসি; প্রসিডেন্ট সাহেব।

প্রসিডেন্ট : ঐসু মদুমক পাম্মী।

অরবিন্দ : অদুবু প্রিন্সিপাল সাহেবনদি হায়রম্মী ...

প্রসিডেন্ট : মাগী বাদুদি তোক্লোদা। হৌজিকপু করি হায়সিগে, য়াম্না পঙবা মখল অমগী মীনি। পর্সনেলিটী লৈতবা গ্রেসসু লৈজদবা। মতম পুম্বদা হেংঙো-হেংঙোদা তৌদুনা লৈবা। (ওাইহ্যাক লৈরগা) মহাক্কী চহী হুমফু শুরে। খল্লিবনি রিটায়র তৌহল্লসিরা। (অরবিন্দগী মায়থোংদা শংত্রিক য়েংলগা) অদুবু অচুম্বা চৎপা মীদি কদাইদগী ফংলগদগে?

অরবিন্দ : অদুম ওইনমক মহাক্কদি অতোপ্পা বাফম অমা হায়রম্মী।

প্রসিডেন্ট : করি হায়রম্নিবা?

অরবিন্দ : অদোমসি ঐখোয়গী মপুনি, অদুগা য়োকপী থাকপিরিবা মীনিসু হায়রম্মী।

প্রসিডেন্ট : হায়রেদনা, তশেংলা গধাগুম্বা মখল অমগী মীনি। কনানা কনাগী মপু অদুগা কনানা কনাবু য়োকপী থাকপীবা ভমগদৌরিবা।

অরবিন্দ : অদোম্না পাম্বীরিবসি করিনো?

প্রসিডেন্ট ঃ মরাল লৈবদু থিদোকপা অদুগা মহাক অদুবু অহকপা চৈরাকপিবা তাই।
অরবিন্দ ঃ অদু ওইরবদি অদোম রাজকুমারবু মরাল লৈবনি হায়বসি য়ানিংব্রে?
প্রসিডেন্ট ঃ মরাল লৈরম্বদি য়াই, অদুবু তশেংনা মরাল লৈবদি নত্তে।
অরবিন্দ ঃ অদুদি কনানো?
প্রসিডেন্ট ঃ ঐগোন্দা হৃংলেবদি নগনি হায়গনি।
অরবিন্দ ঃ ঐবো?
প্রসিডেন্ট ঃ ঐনা হায়বদি নখোয় পুন্নমক। (ভাইহাক লৈরগা) মহাক্না হৌখিবা চহী অহমদগী নোট তৌরকখি মতমদুদা মহাকপু কাহৌদ্রিবা করিগীনো?
অরবিন্দ ঃ ঝাহংদুদি নশানা নশাদা হংজৌনা।
প্রসিডেন্ট ঃ অদুগুম্বা নিয়ম কাইবা থবক্তু ঐগোন্দা হায়া কবিগী হায়দ্রিবনো? নখোয়না কিরিবদু কনাদনো?
অববিন্দ ঃ অদোমদা।
প্রসিডেন্ট ঃ ঐগোন্দা?
অরবিন্দ ঃ হোয়, অদোমদগী মশা-মশাগী মপুন্সিবু ভাকচা শেনজনবা
প্রসিডেন্ট ঃ ঐনা কনাগী করি মাগুনবা তৌগ্রবগে?
অরবিন্দ ঃ অদোম্না ভাংবিরিবদুসু থপকী ঝা নত্রব্রো? অদোম্না ভাংবিবিবদু অচুম্বা অমত্তা নত্তেনে?
প্রসিডেন্ট ঃ অদোম্না থগজিল্লিবা মরালদু অরানবনি।
অরবিন্দ ঃ নত্তে, ঐনা হায়রিবসি অচুম্বনি। নচা নুপাদু ভাওশিন্নবা গুণ্ডা অমা ওইবতা নগুনা মথোং হৃক্তবদা মপা লৈত্রবা অমনি হায়বসি অদোম্না হেন্না খগুলিবদুনি। মসি ফাওবদা অদোম্না লোৎশিন্নবা হোৎনরিবা করিগীনো?
প্রসিডেন্ট ঃ মদু মীনম্বনি।
অরবিন্দ ঃ নহাক্না চন্দুগী কেস য়ুনিবর্সিটীদা করিগী থারিবনো?
প্রসিডেন্ট ঃ ঐনা থায় হায়বা?
অরবিন্দ ঃ হোয়, অদোমনা থাবনি। অদোম্না খুদোংচাবা লৌবনি। মহাক্কী মরাল লৈত্তে হায়বসে অদোম খগুবিরবনি।
প্রসিডেন্ট ঃ ঐদি মগোন্দা করিগী য়েক্নবা ওইগদৌরিবা?

অরবিন্দ : মহাকসি অদোমগীদি রাজনীতিগী ওইবা য়েক্লবা অমগী মচানি। অদোম্না মপাগী ইমেজবু ফজবা মমি তাহনবা পান্মী।

প্রসিডেন্ট : মিষ্টর অরবিন্দ। অদোম্না অদোমগী নথৌদগী হেন্দোকনা য়া য়াম্না ভাংলেনা।

অরবিন্দ : রাজকুমারগী রিপোর্ট য়ুনিবর্সিটীদা থাবীবনা ফগনি।

প্রসিডেন্ট : নহাক রিপোর্ট লৌথোক্লরোই?

অরবিন্দ : মদুগুম্বা বাহংদু হংখিবা লৈতে।

প্রসিডেন্ট : অদোমগী অনম কনবদুগী ফল খঙবিরব্রা?

অরবিন্দ : য়াম্না ফজনা খঙজে।

প্রসিডেন্ট : তাও ঐনসু নঙোন্দা নরাল থঙজিনলিবসিনি। অদোম্না নুপা মচাশিংবু ঐগী মায়গৈদা লৈননবা ইনশিনবনি। অদোম্না শহ্রসিবু শান্তি ওইদনবা মওংদা চরাংনহল্লে। ফজবা অভাংশিংগী লুচিং পুরেলনি।

অরবিন্দ : প্রসিডেন্ট সাহেব, অদোম তশেংনা খঙবিরমগনি মদুদি থঙজিনলিবা ইরালসিমক অরানবনি হায়বসি।

প্রসিডেন্ট : হয়েং ফাওবগী মনুংদা রিপোর্ট লৌথোক্তবদি মসিগী ফলদি অকিবগী মশক ওইগনি। ঐ কোলেজ থিঙজিল্লগনি।

অববিন্দ : অদু ওইরগা থিঙজিন্নোদনা!

প্রসিডেন্ট : (অরবিন্দগী ফিরেপ হোংদবদু উবদা খরা থোংথনা) অদোম্না খল্লবিদ্রিবা করিগীনো; মি. অরবিন্দ। কোলেজ থিঙজিল্লবসু বাফমসিদি লাইথোকপা য়াব্রোই, অরুবা ফিভম অমা ওইব্লগনি।

অরবিন্দ : কোলেজ থিঙজিনগনি হায়বগী ধপতি অদোম্না তৌবনি, ঐনা নত্তে।

প্রসিডেন্ট : রাজকুমারবু মায়গৈ অমদা থমখিসি। খরা খনথবিয়ু থৌদোকসিনা পব্লিক ইমেজদা য়াম্না শোকইনে। ভোটকী টিকেট ফাওবা ফংদবা য়ানা লৈরিবনি।

অরবিন্দ : অদোমগী মিথয়েংদু চুম্লমদসু য়াই, অদুবু ঐ ...
[ তাঙ্গাসিদা লীলানা চাগী ট্রেদু পুদুনা থোক্লকই। ]

প্রসিডেন্ট : হৌজিক করি তৌনি, য়ুমদগী খল্লকখিবা বাখলদুগা। অদুগা অদোমদি ইশাগী বাফমদুনা হেম্না লুনা খনবিরে। বাফমসিসু য়াম্না চাওথোকহল্লে। (ভাইহাক লৈরগা) য়ু আর ভী ওনজি

প্রোফেসার হুম অই রেসপেক সো মচ। (ভাইহাক লৈরগা অদোমগী প্রিন্সিপালসে ছুটী পীন্নসিন্না খল্লিবনি। কোলেজসে পুমমাণ্ড মাণ্ডহন্নে। মহাক্কী মহৎতা অদোমবু ...

অরবিন্দ ঃ (ঙকচননা) ঐবো?

প্রসিডেন্ট ঃ হায়েরেদনা, য়ু আর ডী ওনলি প্রোফেসার। করিগুম্বা থৌদোক খরদা নণ্ডগী মায়োক্তা লৈবা য়াই, বাফম অদুমক্তী নত্তে, নহাকপু মতিক চারে হায়বসে ঐনা হান্না খণ্ডপ্রবনি।

অরবিন্দ ঃ ঐবু লৈরগে সিনিনে?

প্রসিডেন্ট ঃ মায কার্ডস আর ওপন। অদোম খনবিয়ু। ফিরেপতু হৌজিক হেক্তা লৌবিয়ু হায়জবা নত্তে। টেক ইয়োর ওন টাইম। অদু হয়েং অয়ুক ফাওবগী মনুংদা হায়বিয়ু। (হৌগৎলি।)

লীলা ঃ চা থকপিররোইদ্রা?

প্রসিডেন্ট ঃ হৌজিক নত্তে। হয়েং ফিরেপ খণ্ডলবা মতুংদা ওইনা। (চৎখিবা)
[ পুমচিক চিকখরে। ]

লীলা ঃ করি খন্দুনা লৈরিবনো?

অরবিন্দ ঃ করিসু খনদে।

লীলা ঃ প্রিন্সিপাল ওইরোইদৌরিব্রা?

অরবিন্দ ঃ মদুগী মমল খণ্ডলব্রা?

লীলা ঃ মমল পিদনা লেম্না ফংবসিবো থেণ্ডনখ্রব্রা?

অরবিন্দ ঃ হায়রিসিনদি ফত্তবা লম্বীসিদা চৎলুসিনিনে?

লীলা ঃ অদুগুম্বা লমচৎ ব্যবহার খণ্ডদবা অভাংশিংদুগী মাযগৈদা লেপ্লগা করি ফংগনি? প্রসিডেন্টগা হেন্না য়েন্নবা ওইরনি। নগ্রেন্দা কনানা মত্তেং পাণ্ডবিবগে। কনাগী থাজবদনো মায়োক্লগদৌরিবসে?

অরবিন্দ ঃ অদুবু চন্দুদা বদনাম পীরিবসিগী মরম খণ্ডলব্রা? নোট পামজদবা ছাত্র ময়ামদনি ঐগী ঈসিবু ঈথৌলাংনা ণ্ডাইবমগনি। ঐ উরগা তিন শিৎচিন্নবীংলগনি।

লীলা ঃ প্রসিডেন্টনা মখোয়বু মায়োক্লজখিনি। নত্তবুসু ভাকপী শেল্বিগনি। প্রিন্সিপাল ওইহল্লগনি। অদুগা নুপা মচাশিংদুনা সড়ক্তা লেপতুনা নণ্ডগী নত্তৌদু য়েংদুনা লৈজনি। মহাক্কী মায়গৈদা লেপ্পুবগী কান্নবা!

[ য়দু চঙ্জাকপা। য়াম্না রাবগী মত্তৌ। শব্দ থবেৎ-থবেৎ হোল্লি। ]

অরবিন্দ : করিগীনো ইপা পাখৎক্লিবদি?

য়দু : শহরসিদা করি থোক্লমগনি হায়বদু ভাবনা শাগৎতুনা খনখ্রা?

লীলা : খৎলো চৈনবা থোকপা য়াবগী মওং উব্রা?

য়দু : অদুমক্কি, শেম শাদুনা লৈহৌরে। চন্দু হায়বা নুপা মচাদুনা মরোন অমা নওগী নমিং পন্দুনা মাগী থোঙলোইশিংদুদা থৌনা হাপহৌই। হয়েংদি কোলেজসি মাথক মাখা ওল্লনি।

অরবিন্দ : অদুবু ঐদি মখোয়দা কাহেন্নবা বা হায়খিদেদা।

য়দু : করিগীনো অসুক য়াম্না ভাব তাখ্রিবসিবো? নমিং পন্দুনা ইনকিলাব জিন্দাবাদ লাওহৌরসিবো। নওনা নুপামচাশিংদুবু ইনসিনবনি হায়না শহরপুম্বা বা-বা লাওনাহৌরবনি। মওং সিদা স্টাফ পুম্বা মিপাইনাহৌরে।

লীলা : ঐনা হায়রেদনা কনামতনা নতেং পাওলোই হায়দনা। পুম্নমক মশা-মশাগী ওইজবা থিবা ওক্তনি। ওজা য়দু হৌজিক কৈদৌনি?

য়দু : অশোমদনা রাজকুমারগী খুৎপুশিংদুনসু নওবু খোইশাওনাহৌবি। (ওাইহাক লৈরগা) নওনা রাজকুমারবু ফাজিনদুনা থম্লগা মখোয়বু শিংনহন্নে সিনিনে। চন্দুবু মতেং পাওদুনা মহাক্কী মতিক মথৌনাবু লোইশিন্নবা হোৎনরেসিনি।

অরবিন্দ : ঐনা চন্দুবু মথৌশওই হায়বদি কনানা হায়রিবা?

য়দু : মখোয়না খল্লিবনিনে। করিগুম্বা রিপোর্ট নওনা হেক লৌথোকহৌদ্রবা, ওসি নত্রবসু হয়েংদি নথবায় লৌখ্রনি।

অববিন্দ : নওগীসিবো ঐবু কিহল্লিবা হায়দুরা?

য়দু : সিদবু কিহলবগী করি মথৌ তারিবগে। মখোয়না বিমলেন্দুবু হাৎপদি ওমখ্রগা, নওবুদি করিগী ওমলোইদৌরিবা! বাহৈ খুদিংগী নওগী মায়োক্তা ভাংওই। চৎলো রিপোর্ট লৌথোকউ।

লীলা : প্রসিডেন্টনসু নহাকপু প্রিন্সিপাল ওইনবা যোৎদোক্রমলেদনা।

য়দু : অদু ওইরদি, প্রিন্সিপাল ওইহৌরো। ঐবুসু ভাইস-প্রিন্সিপাল ওইনবা লম্বীদু শেম্বীরম্মু। (ওাইহাক লৈরগা) নহাক্নসু প্রাসিডেন্টবু মতেং পাঙলবদি মানসু তেঙবাংজরক্কি। (ওাইহাক লৈরগা) চন্দু অমদি মখোয়গী কাওবুদুনা প্রসিডেন্টনা মরাইনা থেংনজখ্রনি। মদু নত্রবদি রাজকুমারনা লেম্নদি থাররোই।

অরবিন্দ : (শাওনা) তোকলো বারেম থৌরেমদু!

যদু : থারেম হায়বা ? রিপোর্ট লৌথোকপা নত্তনা নঙগী অতোপ্পা পাম্বে অমা লৈরব্রনি। রাজকুমারগী মায়োক্তা লেম্মরগা শিবা হায়বসিমদি শোয়ম্রে। চন্দুগী মায়োক্তা লৈরমগনা সমাজবু হাৎপা। নহাক চেনফমদি লৈরে।

অরবিন্দ : তুমিন্না লৈয়ুনে।

লীলা : হন্দমুক্তী ঐনা হায়বা য়ারনি হায়না খনখিবনি। যদু ওইদ্রে, অদোমদি নথত্তগী ওইনা হিংনিংহন্তি। অদোমনা অদোমগী নুংঙাইজনবা হোৎনবদা কনাবুসু উবিদে। ওইজবা থিবনি নঙ। হৌজিক্তি নঙনা চন্দুরা - ঐরা অমদি খনবিবা তাই।

অরবিন্দ : (লাওহৎতুনা) তুমিন্না লৈয়ু! ইকোকসিনা থবক অমতা তৌজবা ঙমজদ্রে। যদু, য়ু গেট আউট ফ্রোম হিয়ার আই-সে গেট আউট।

[ তপ্না-তপ্না মমশিনলকই। মঙ্গলদু তপ্না-তপ্না অমুক ঙাহোকলকই। অরবিন্দ সোফাদা মথত্তা ফমলি। চুরুপ থক্কুনা অরুবা থাখল অমা খল্লি। মপালদা অহিংগী অচিকপা। মফম অমদগী পুং ১২ গী পুং জানা য়েরকপগী খোঙ্গেল তারকই। কাচিন অমদগী বিমলেন্দু থোরকই। ]

অরবিন্দ : (পাখৎনা) কনানো ? (তপ্না অমুক) কনানো নঙবো ?

বিমলেন্দু : খঙদ্রবরো। চহী অমতা ঙাইরি কাওরেনা করিনো ?

অরবিন্দ : খোলদুদি বিমলেন্দুগীনি অদুগা মাইথোং ... মাইথোংদি কদাই ?

বিমলেন্দু : ঐ হৌজিক মায়থোং য়াওদ্রবনি।

অরবিন্দ : নঙবু বিমলেন্দু ...

বিমলেন্দু : হোয়নে, বিমলেন্দুনিনে নঙগী মরুপতো।

অরবিন্দ : অদু ওইরবদি নঙগী মায়থোংনো কদাইদা মাঙখ্রে ?

বিমলেন্দু : অশিবনা চিঙথদুনা তাঙ্গোই ওলহনখ্রে। মায়থোংদি শুপ্নগী অহিংবা নখোয়তনা ওহোক ওনশিন য়াই- অমুক ... অনীরক ... তরারক ... চান্দ্ররক। অদুবু অশিবগী মায়থোংদি মতম পুম্বগী লৌথোক্লগা তাঙ্গোই ওলহনখ্রবনি।

অরবিন্দ : অদু ওইরবদি নঙসি বিমলেন্দুগী অপাইবা থবায় মীরেন ...

বিমলেন্দু : (নোক্কুনা) অপাইবা থবায় মীরেন ...? হোয়, অপাইবা থবায়

মীয়েনদি। অহিংবগী অপাইবা থবায় মীয়েন মরক্তা অতোম্বা অপাইবা থবায় মীয়েন অমা।

অরবিন্দ ঃ কদাইদগী লাক্লিবনো?

বিমলেন্দু ঃ শুকনা মমলবা নঙগী বাখল লখীদুগী কিজঙ মরুমদগী। লখীদো য়াম্না মশ্মী। মেনশিনব্রবা শুরুং লিশিং লিশিং মরক্তুদা লৈখাগী য়ুমসু লৈ। ওম্বোকনা য়াম্না অমোৎ-অকাই পৈশিনদুনা থমজিল্লেনা? লখীদু ঐদি কয়াদা বানা ফংলে।

অরবিন্দ ঃ অদো নঙদি করিগী লাক্লিবনো? কনানা কৌবগে?

বিমলেন্দু ঃ নঙনা কৌরিদুদি।

অরবিন্দ ঃ ঐ নঙবু কৌদে। ঐবু কৌখিব্রনে?

বিমলেন্দু ঃ মীনম্বদু খিৎ ঙাংলগনু। কৌদবা মফমদা ঐ খক চত্তে। হায়ু কৌব্রা-কৌদব্রা? (অরবিন্দ তুমিন্না লৈ।) করিগী খুমদ্রিবনো?

অরবিন্দ ঃ হোয়, কৌই।

বিমলেন্দু ঃ হৌজিক্তি লাক্লগা কিরব্রা? কিগনু।

অরবিন্দ ঃ কবিগী কৌরিবা?

বিমলেন্দু ঃ ঐ হায়ুবা? (ঙাইহাক লৈবগা) নঙনা হংবা পাম্মীনে, ঐনা শিবা মতমদা করি খনখি হায়না? শুগাশিংদুনা ঐঙোন্দা খুৎথারকপা মতমদুদা ঐগী বাখলদা করি ফাওখি?

অরবিন্দ ঃ হোয়, কখোকপা, মতমদুদা নঙবু কবি খনখিগে?

বিমলেন্দু ঃ অপঙবা, কখোকপা হায়বা বাহৈদু হায়রকনু। ঐ নঙগী ক্লাস রুমগী ফাস্ট ইয়ায়গী অঙাগুম্বদু নত্তে, অরম্বা বাহৈশিংগী মাইখুম মরুমদা শুমহৎলোই। য়াকাদুনা লেকচর তারোই।

অরবিন্দ ঃ ঐ য়ানিংদে। নঙনা তৌখিবদু কখোকপনি .. থবায়না পোম্বা ওইখিবনি ... তমজনীংঙাইনি।

বিমলেন্দু ঃ অমুক হৌরক্লব্রা বাচোইদু! ঙাংগেরা- ঙাংঙোইরা? (ঙাইহাক লৈরগা) অদুগুম্বা বাচোইদু য়াম্না তাপ্রে। মঙগী শীং মথক্তা ঐবু লৎশিনদুনা থম্নগা নখোয়না লেকচর পীদুনা লৈখিবদো। মীপুম খুদিংমক্লা অসিগুম্বা বাঙাংসে ঙাংনবা শেম শাদুনা লৈ, ঐগী নুংশিরবা মকপ অমা লৈরম্মী। অশেম্বা বাহৈনা থাগাৎপদু পামদে। অশেংবদু করিনো খঙলব্রা?

অরবিন্দ ঃ কয়ম্না খঙলুগনি?

বিমলেন্দু ঃ নঙ খঙই, অদুবু কয়ম্না হায়গনি। পুম্নমকী পুক্লীংদা ঐগী অপঙবসিদা মীনুংশি পোকপীন্নি। শিংনথিবনি ফজবা মখোয়দা। অমনদি অসিগুম্বা শিংনবসিদা ঐগী ইপা ফাওবা লালহৌবনি হায়বিপ্লবনি। পুক্লীং চংবা লাইনিঙ চেৎপা কয়ানা হায়ম্রে। মীতোক চাক মানা করিবু খঙলদনা ঐগী ইপাদি গঞ্জা থকপা অমদি য়ায়াম ঙাংবনি। খঙলত্রো, মী শিরগা পল্লিসিটি তৌরিদো।

অরবিন্দ ঃ হায়বদি নঙগী মীশিসিমক নঙ পেঞ্জাদে?

বিমলেন্দু ঃ মদু নত্রদি চহী মতাংসিদবু শিবা য়ারিত্রো। চহী অহুগী মমাঙদা লুহোংখি। তনৌ-তনৌরিবা অঙাং। নুপীনা নুংশি ইখৌলাং-খিবনি। পৃথিবীগী ফমম্পাকথকসিদা ঐসু ইমিংসে থমনিং-লম্বনি। পুম্নমক কায়রেদনা।

অরবিন্দ ঃ মদু ওইরবদি নঙনা করিগী নোট ফাকরিবা?

বিনলেন্দু ঃ অপঙবদবু মরৈয়েংনরুখিদ্রা? পুক্লীংদা ইহৌ অমা ফাওরকখি। অদুনা অপঙবা ওইহল্লে। ঐনা করি খঙগনি মদুদি মসিগী ফলদি শিবা ওইগনি হায়বসি।

অরবিন্দ ঃ অদুবু ঐখোয় পুম্নমক্তা নঙগী কখোকপদুদা থাগৎনরিবনি।

বিমলেন্দু ঃ হিংলিবা অদুননি। শিরবদি- খঙগনি পুল্সি হায়বসি কবিনো হায়বদু।

অরবিন্দ ঃ অদুগা নোটতুদি ...?

বিমলেন্দু ঃ মসিগী কোথবসিনা। মিডল ক্লাসকী মীওইনা তৌরদনা। নশাগী সমস্যা খুদিংমক য়োরিফাই তৌদুনা লৈরগেরা। .. অদুগা খঙসু খঙদবা। ঐগী নুপীনা চহী চুপ্পা থবক থিবদা মফম অমদগী অমদা চ্রওচংনদুনা চৎলি। খুদিংমকনা পুক্লীংবুদি থৌগৎপী, কনামতনা থবক পীবিদে। পুম্নমক বাথি বারেম্নি।

অরবিন্দ ঃ নঙনা হায়নিংলিবসি করিনো?

বিমলেন্দু ঃ মসিনি নঙগী নপুক্লীংনা তানিংলিবা বাদু।

অরবিন্দ ঃ হায়বদি?

বিমলেন্দু ঃ চৎলো, হায়রিবা প্রসিডেন্টদুগা য়াশিন্নরব্রো, প্রিন্সিপাল ওইহল্লো। মদুদি নত্রদনা নঙগী থবার য়াওদ্রবা হুকচাংদুগী মনাক্তা মিয়ুনিসিপালিটিগী চিয়ারমেননা লুচিংলগা অৱাবা ফোংদোকপা অদুরা নঙনা পাল্লিবসে।

অরবিন্দ ঃ ঐ মখোয়গা চৎথিন্নরোই।

বিমলেন্দু ঃ ঐসু য়েংগনি। ঐগী নাটক্তা দ্রোণাচার্য্যনসু অদুমনা হায়খিবদো।

অরবিন্দ ঃ করিগীনো ঐগা দ্রোণাচার্য্যগা চাংদম্নরিবদি? মহাক্তি য়াম্না মতিক মথৌনা লৈবনি। ঐদি করিসু লৈতবা মীনি। অপীকপা কোঙোলশিংগা লাম্ছেৎলনবনি ...

বিমলেন্দু ঃ কান্নবদা থাচোই য়াম্না গ্রহলে। নঙগুম্না দ্রোণাচার্য্যনসু নমশিন্দুনা থম্মখিবনি। মসিদগী খঙলো — নঙগী বাহংদুগী পাউখুমদু নঙ নশামক্কা খঙজরনি। নীংশিঙু মসি ... নীংশিংঙু মসি ... [ তপ্পা-তপ্পা মমশিন্নকই। অমম্বদা অঙাংনা নিংঙাইতৌদুনা হিক-হিক কপ্পগী খোঞ্জেল তারকই। তপ্পা তপ্পা ঙাম্হোরকই। চহী তারেৎ-নিপালগী অশ্বথমানা লৈমাইদা মখোং তক্কুনা লৈ। ]

অশ্বথামা ঃ নত্তে! নত্তে! ঐ হৌজিকমক পাম্মী। পিব্রবদি ঐ নঙোন্দা বা শুকঙাং ঙাংলরোই। পাবুংদসু করিমতা কৌরোই।

কৃপী ঃ (কিহল্লদুনা) ঐনা হায়বা ইন্নরোইদ্রা?

অশ্বথামা ঃ (লাওখৎতুনা) নঙনা হায়বা ইনবা, কনামতনা হায়বা ইন্নরোই। পুরকও, শঙোম অফম্বা পুরকও। হৌজিকমক পুরকও। নত্রদি কোকসি শুজিঞ্জদুনা শিরনি। শঙোম অফম্বা পীগেরা — পীরোইরা। লৌরুরো . (মকোক্তু শুজিনজে) পীররোইদ্রা! লৌরুরো। লৌরুরো! (মকোক্তু শুজিনবা হৌরকই।)

কৃপী ঃ অদু ওইরবদি শিরো। কদাইদগী শঙোম অফম্বনো। নঙগী নপানা থনবী অমতসু লোইদনা!

অশ্বথামা ঃ কদাইদগীনো হেক্তা লৌরুচো। পুরক্রবদি য়েংঙু ... য়েংঙু.. (মকোক শুজিনবা হৌই।)

[ কৃপী তৌফম খঙদনা। মহাকপু চিংখৎলি। মখোল থোকনা চুপ্পী।]

কৃপী ঃ ঙাইখো পুরক্লগে -হৌজিক পুরক্লগেকো।

[অশ্বথামা হিক্কা-হিক্কা কপ্পদু লেপত্রি। দ্রোণাচার্য্য চঙলকই। অশ্বথামানা কপ্পা উবদা পাখৎলি।]

দ্রোণাচার্য্য ঃ (অশ্বথামাবু চুপ্পিরদুনা) করি তৌরবগেনে, করিগী কপ্পিবনো? নমালা অমুক ফুরবরো?

অশ্বত্থামা ঃ ফুদে ... ফুদে ... কৈসু ...

দ্রোণাচার্য্য ঃ অদুদি কৈদৌরবা?

অশ্বত্থামা ঃ শঙোম অফম্বা থকনি, পাবুং শঙোম অফম্বা থকনি।

দ্রোণাচার্য্য ঃ নঙগীদি মনবিদি লৈসু লৈতনা?

অশ্বত্থামা ঃ লৈত্রগা কৈদৌবা — ইমানা পিরনি।

দ্রোণাচার্য্য ঃ অদুবু ... লৌবা চৎখররো?

অশ্বত্থামা ঃ নত্তে, ইমুংদো।

[ কৃপীনা লৈবাকনা শাবা চফু অমা পুদুনা থোরকই। ]

কৃপি ঃ হনবিরক্লেদনা! য়েংঙু; শঙোমগীদমক নিংঙাই তৌরম্লিবনি। (অশ্বত্থামাদা) লৌরোসে, থকলো। হন্দকমুক কল্লবদি য়েং-ঙুদনা। নিংঙাই চাওবসিগা। (অশ্বত্থামা শঙোম থকই। কৃপীনা মঙোন্দা নুংশিনা য়েংলি।) শঙোম অফম্বদু কমদৌই, হাওবরো ইবুংঙো?

অশ্বত্থামা ঃ য়াম্না হাওই, ইমা (মপান্দা চেহোকে তৌই।)

দ্রোণাচার্য্য ঃ কদাই চৎকে হায়রিবনো?

অশ্বত্থামা ঃ ক্ষেত্রীকুমারদুগী মনাক্তা। মঙোন্দা চৎলগা ঐথোয়গীসু শঙোম অফম্বা লৈ হায়রুগদৌরিবনে। নাপল চাওবদু। নঙবুসু চাকনিবা ব্রাহ্মণ হায়রিনিনে। (চোংদুনা চেনখি।)

[ মিৎকুপ খরা পুমচিক চিকই। ]

কৃপী ঃ হায়রো, দ্রুপদনা করি হায়বা? কুইরবগী তুংদা নঙবু উবদা হরাওরমগনি। (চফু থাঙৎকে তৌই।)

দ্রোনাচার্য্য ঃ চফুদু ঐঙোন্দা পীরকউ। (চফুদু লৌশিল্লি। য়েংঙি)

কৃপী ঃ করি করি পীরক্লবা? মনবী চাম্মদগী তাদনা পীরক্লমগনি?

দ্রোণাচার্য্য ঃ (খোল খরা কল্লপনা) করিগী চাম্মা, লিশিং অমা পীরকই!

কৃপী ঃ অদুগা শেলয়েকনা কয়া পীরকই? খরদুনা অদুম বিদ্যা তৌরক্লবা? (ভাইহাক লৈরগা) হায়দরো, চাউথোকপা মতৌদু থাদোকউ হায়দনা। কদাইদদি য়াবিশ্লগেদো!

দ্রোণাচার্য্য ঃ (চফুদু য়েংলদুনা) নঙনা অশ্বত্থামাদা পীথক্লিবদু করিনো?

কৃপী ঃ (অতোম্বা মায়গৈ অমদা য়েংঙলগা) শঙোম। অদু নত্রবদি করিনো?

দ্রোণাচার্য্য ঃ চফুসিদবু শঙোম য়াওব্রা? কৈদৌবগী মীনম্বা ভাংলিনো?

কৃপী ঃ চৎখ্রসনু কৈদৌরবগে? হায়রোদনা, দ্রুপদনা করি হায়বা? নঙবু করম্না ওকপগে? নঙবু ইকাই খুম্নবা উৎলবা রাজ সভা কৌরমগনি?

দ্রোণাচার্য্য ঃ মসিগী চফু মনুংদগীসি করিনো?

কৃপী ঃ তখীররোইগ্রা?

দ্রোণাচার্য্য ঃ দ্রুপদকিদগী হুম্নকপদা ভাইহিরি বাসি পরপ-পরপ হংহৌদ্রবদি য়াদ্রবো।

কৃপী ঃ কোনসিদা আটানা শঙ্গোম শারগা থিৎপনি।

দ্রোণাচার্য্য ঃ নঙবু অঙাংসিদা নমথাক তৌরিবদুবু ইকাইদ্রা?

কৃপী ঃ ইকাইকরবদি হৌজিক মকোক শুজিঙ্গদুনা শিরম্নগনি।

দ্রোণাচার্য্য ঃ আটানা শেম্বদু করম্না থক্লিবা?

কৃপী ঃ থকতদি কৈনোনে? মমাঙদা শঙ্গোম থক্রমলবদি শঙ্গোমগী মহাওদু খঙলমগদবা। (ভাইহাক লৈরগা) শঙ্গোমগী মহুতা হু পিথক্রবসু অদুম থকখিনি।

দ্রোণাচার্য্য ঃ অশেংব্রা মহাক শঙ্গোমসে অমুক্তা থকখিদ্রিব্রা?

কৃপী ঃ হৌজিক্তা খঙ্গবক্লিবরো। ঐনা হায়বসি অদোম থাজবিদ্রে? ঐবু ইশৌলাংবী পীজা পীথক্লীংদবিনি হায়বিরগেরা?

দ্রোণাচার্য্য ঃ ঐ হৌজিক ফাওবা থাজবা ঙমদ্রি।

কৃপী ঃ করিগী থাজরুগনি। নঙনা করম্বা কান্দা নচাবু যেঙশিনবিগ্রবগে? নঙগী নচাসে চাক্লী ফিনিবগী মচা হায়বিরেদনা। (ভাইহাক লৈরগা) ঐঙোন্দা হং ঙু, চাক্লেন অনীদু করম্না শিনলাঙবগে হায়বদু।

দ্রোণচার্য্য ঃ নোরোক তারবা পুল্মি।

কৃপী ঃ নোরোক্তু কনানা তাহনবগে ঐনরা নত্রগা নঙনরা? (দ্রোণাচার্য্য তুমিম্না লৈ।) করিগী হায়দ্রিবনো? কদাইদা চৎখ্রে নঙগী নাপলদু? (ভাইহাক লৈরগা) অচৌবা আচার্য্য ওইরেদনা। অদুবু মদুনা চানবা পীরক্তে শেংনা ইম্নবা ফিরোন ফংদে।

দ্রোণচার্য্য ঃ নঙনা হায়নিংলিবদু করিনো?

কৃপী ঃ নঙবু দ্রুপদকিদা চৎহনদ্রিঙৈদা হায়খিবদাইনে?

দ্রোণাচার্য্য ঃ অদুবু দ্রুপদনা করি ব্যবহার উৎলকই-খঙলব্রা?

কৃপী ঃ মহাকনা নঙোন্দা করিগুম্বা খ রদি শোইদনা পীরক্লমগনি।

দ্রোণাচার্য্য : (খোঙ্গেল য়াকনা) পীরকই, ঐগী লাইবকসি খোঙপাক্পা কাওরগা। (ঙাইহাক লৈরগা) ঐবু মীনাইশিংনা ইন্দুনা তাম্মোকহল্লকই।

কৃপী : মদু ওইবা য়ারনে?

দ্রোণাচার্য্য : ঐবু মীনম্বা ঙাংগ্রব্রা? অসুম্বা ইকাইবা পীরকনি হায়বসি বাখলদুনা লামবা ফংলমলোই। ঐবু ইকাইবা পীবা হায়বসি, ঐগী ইপাবুসু ইকাইবা পীবনি।

কৃপী : মহাকনা অদুম্বা হেক তৌরকপ্রা?

দ্রোণাচার্য্য : মহাক্পা ঐবু নাপল তৌবা, পুকচেল পীকপা, লাইরবা হায়না হায়রকই।

কৃপী : মদুমক্তি হেনমল্লিদনা?

দ্রোণাচার্য্য : ঐবু মহাক্পা তাং তৌবা, লৌনম চাউবা হায়। মহাক্কী বাহে অমম্মনা ঐগী থম্মোয়দা তাসোননা থিনবগুম থোকই।

কৃপী : ইকাইবা পিনবগী তাঞ্জাদু নঙনা করিগী পীরুই?

দ্রোণাচার্য্য : ঐনা ? কৃপী !

কৃপী : মদু নত্রবদি, ঐনরা? নঙনা শোইদনা নাপলদু উৎ লমগনি। নঙগী আচার্য্য ওইবগী মতৌদুদা শাংনা ভাষন পীরমগনি।

দ্রোণাচার্য্য : নত্তে, কৃপী ! ঐনা অদুম্না করিসু তৌদে। পুন্সিসিদা অদুগুম্বদুগা মরি লৈনবা লোন অমতা ঐগী ইচিনসিদগী থোকখিদ্রি। অদুমক্তদা ইকাইবা ফংলিবা। কৃপী ঐগী থবায়সে প্রোক প্রোক চাক্লে। তেনজৈ অমনা মহাক্কী মকোক্তু ককথৎলসিরা খনখি।

কৃপী : মদুগী লমন খুম্বা। মহাক্কী অমতা পোকচবা নচাসিগীদমক শঙ্গোম মরিক অমতসু পীথকপা ঙমদবা নঙনা নচিন্দুনসু লমন খুমবগী বাকাসু পল্লি।

দ্রোণাচার্য্য : নঙ ঐগী শক্তি খঙদ্রি।

কৃপী : অদুবু কনানা খঙগদৌরিবনো?

দ্রোণাচার্য্য : ঐ হৌজিক্তগী হৌনা শেমগৎ শাগৎপা হৌরগনি, মখোয়দুগী মচিন্দা লান তৌগেতা হায়হলগনি।

কৃপী : করম্বা তম্বীগনি? নঙগীদি ছাত্রসু অমত্তা লৈতনা। লৈবাক অমবু শিংনবা ওইথোক্তবনি।

দ্রোণাচার্য্য ঃ নঙনা হায়রিসি করিনো?

কৃপী ঃ ইকাইনদু খাঙদুনা লৈবিয়ু হায়রবা নত্তে। দ্রুপদনা অমন শোইদনা শুমদ্দু। অদুবু হায়ু হাধুনাদি নত্তে, মদুগীদমক খৌরাং তৌখো। অদুসু মখোয়গা মান্নবা কাওজনুগ্রা শেম্মু।
[মপান্দা লাংনবগী খোঞ্জেল। শগোল গাড়ী লেপ্পগী মখোন। শগোলশিংনা খোঙবগী খোঞ্জেল।]

দ্রোণাচার্য্য ঃ কনা লাকপগে য়েংঙু।

কৃপী ঃ (য়েংবগী মওং) নিংথৌগী অঙম অথৌ মাল্লি।

দ্রোণাচার্য্য ঃ হোয়নে। ভীষ্ম লেঙবিরক্লিনে।

কৃপী ঃ ভীষ্মবো নঙগীসিদা?

দ্রোণাচার্য্য ঃ অসুক থাজদনা।

কৃপী ঃ য়েংঙু, কয়াদা তান চাপ্পবনো। নঙনা শক্তি পান্মী হায়দনা শক্তিদো মশানা লাক্রেদনা। য়াম্না হৈশিংঙু। নঙনা নীংলিবদু থুংবসু য়াই ....
[ ভীষ্ম চঙলকই। দ্রোনদা লুলুকনা ইকাই খুম্নবা উৎলি]

দ্রোণাচার্য্য ঃ অদোম মফমসিদা!

ভীষ্ম ঃ অদোমগুম্বা আচার্য্য অমবু উনজনবগী খুদোংচাবদু লৌরনু হায়রিব্রা?

দ্রোণাচার্য্য ঃ অদুম ওইনমক .....

ভীষ্ম ঃ আচার্য্য দ্রোন। ঙসি ফাওবদা অদোমগী লিরুং তেনগী হৈশিংবদু তাজখ্রে, ঙসিদি উনজবা ফংলে। অদোম মঙ্গোল ওইবিয়ু।

কৃপী ঃ অদোম করিগুম্বদা উবিখ্রব?

ভীষ্ম ঃ লিরুং তেনগী অঙকপসি ঐনা ভাবনা শাগৎলুবা ওইথোক্রবনি।

কৃপী ঃ করম্বা অঙকপনো?

ভীষ্ম ঃ তেনজৈগী মতেংতমা আচার্য্যসিনা কোমদা তাপ্পবা কাংক্রম্মু লৌখৎলীখি। পাণ্ড অমদি ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংনা থৌদোক্কুগী থাফমশিংদু তম্মী। মদু হেক তাবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইখি।

দ্রোণাচার্য্য ঃ মদুদি য়াম্না চম্বা থানি ।

ভীষ্ম ঃ নঙগী হৈশিংবদুনা ঐ পুকঙাও ঙাওখ্রে আচার্য্য।

দ্রোণাচার্য্য ঃ অদোম্না হজৎপিনীংলিবদু করি ওইবিরবনো?

ভীষ্ম ঃ অদোম নিংথৌ মচাশিংগী তাকপী তম্বীনবা আচার্য্য ওইবিরো।
দ্রোণচার্য্য ঃ ঐবু নিংথৌ মচাশিংগী আচার্য্য ।
ভীষ্ম ঃ মসিদা য়ানিংদবা করি লৈবিবগে?
দ্রোণাচার্য্য ঃ ঐবু থল্লা খল্লনবগী তাঞ্জদু পীবিয়ু।
কৃপী ঃ (মরক থত্তুনা) হঙোইজদুনা হঙথচবা ওমদদুনা তৌরিবনি। মহাক অদোমগী য়াকমদুমক য়ারবনি।
ভীষ্ম ঃ অদু ওইববদি ঐ কবিমতা চিংনদ্রেকো অচার্য্য। অদোমবু ওকচনবা শেম শাজরব্বগে।
দ্রোণাচার্য্য ঃ অদুবু ভীষ্ম ঐ
কৃপী ঃ (মবক থত্তুনা) মহাক্কী য়াদি ঐঙোন্দা ইঙ্কোকপীবো। মহাক হংচিং হায়বদি শুক পুর্নিমা নুমিৎ ফাওবগী মনুংদা নিংথৌ কোনুংদা শোয়দনা লেংলক্কনি।
ভীষ্ম ঃ তাকপীবিবদু ফববনি। মহে মশিং তম্বীবগীদি শুক পুর্নিমা নত্তনা কবম্বা নুমিৎ অমা লৈবিবগে। অদু ওইববদি আচার্য্য অদোমবু লৌকনবা দোলাই থাবক্কনি। ঐ অদোমবু ওকচবল্লগনি। [ ভীষ্ম চৎখ্রে। দ্রোননা থৎলগা কবিগুম্বা খবা হায়নিংলম্মী, অদুবু কৃপীনা মহাকপু থৎলি।]
দ্রোণাচার্য্য ঃ কৃপী নঙনা কবিগুম্বা খবতা খল্লজনবা তাঞ্জা পীদবে।
কৃপী ঃ কবিগীনো হাযববু নঙনা খল্লিঙেদা হোয় হায়বা ওমহৌবোই।
দ্রোণাচার্য্য ঃ মসিগী ফলদি খঙলব্রা?
কৃপী ঃ খঙডি শেংনা চানবগী অরাৎপদু মতম চুপ্পগী ওইনা লৈবরোই। ইকাই খুম্নবা খরসু ফংলগনি। (গুইহাক লৈবগা) দ্রুপদদা লমন খুম্বসু ওল্লগনি।
দ্রোণাচার্য্য ঃ হোয় দ্রুপদদা লমন খুমগনি। দ্রুপদবু লমন খুমদ্রিবা মখে ঐ লৈতানা হিংবা ওল্লোই।
কৃপী ঃ হৌজিক্তি নহাক্কী সেবকসু লৈবগনি লৈবাক অসিগী থৌপুবা অমসু অদুদগী মখোয়গী সেনা ওইদুনা দ্রুপদবু মাঙহল তাকহনবসু।
দ্রোণাচার্য্য ঃ হোয়, ঐগী লাইবকপুদি লেপ্পবনি অদুবু ঐনা করিদি তৌরুগনি। (গুইহাক লৈরগা) কৃপী, ঐ সেম শাববনি।
[ তপ্পা -তপ্পা মমশিল্লকই। মিৎকুপ খবগী মনুংদা হইখোংবগী

মখোলদু নকশিন্না তারকই। জঙ্গলদা মী খরা চেন্নবগী খোঞ্জেল।]

অর্জুনগী খোঞ্জেল : অশোমদা য়েংবিয়ু গুরুদেব, হুই খোংলে। মায়গে অশোমদা শাজী শঞ্জু অমা উরে।

দ্রোণাচার্য্যগী খোঞ্জেল : চেকশিন্না নিশান তৌ, অর্জুন! শাজী অমা কাওবা নাঞ্জোকহন্নখিনু।

অর্জুনগী খোঞ্জেল : গুরুদেব, ঐখোয়গী শিকারী হুইসিদা তেন থারক্রে।

দ্রোণাচার্য্যগী খোঞ্জেল : কনানবু ওইরিগবা ?

অর্জুনগী খোঞ্জেল : কনানো খঙদ্রনি ... (হুই খোংবা লেপখিবা ) গুরুদেব, হুইখোংবা পেরব্রে, মচিন্দ তেনজৈশিংনা মেনশিনখ্রে।

দ্রোণাচার্য্যগী খোঞ্জেল : অসুক য়াম্না তেন হৈবা মফমসিদা কনাবু লৈরিবগে? চৎসি, চৎলগা য়েংলুসি।

[জঙ্গলদা চেনবগী খোঞ্জেলনি। অকিবগী মশক তপ্না-তপ্না ফম্বাকী ময়াই থঙবা শরুক্তা গুপ্পোকল্লকই একলব্যনা লিরুন্দ তেনজৈ হাপ্লি। দ্রোণাচার্য্যগা অর্জুনগা চঙলকই।]

দ্রোণাচার্য্য : নঙবু কনানো?

একলব্য : (তেন লৌথোক্লগা মঙোন্দা খুরুম্মী।) গুরুদেব, অদোম ....

দ্রোণাচার্য্য : (ইঙুক ওল্লা) ঐঙোন্দা করিগী গুরুদেব কৌরিবনো?

একলব্য : অদোম ঐহাক্কী গুরুনি, মরমসিননি।

দ্রোণাচার্য্য : অদুবু ঐনা অহানবা ওইনা উরিবসিনি।

একলব্য : অহানবা নত্তে, গুরুদেব, অনীরকসুবনি।

দ্রোণাচার্য্য : মীনম্বা ভাংলিব্রা !

একলব্য : ঐনা করম্না মীনম্বা ভাংলুগনি ! ওসিদগী চহী তরাগী মমাঙদ অদোমবু উনখিদরা। ঐ অদোমগী সেবক ওইনিংখি।

দ্রোণাচার্য্য : মতমদুদা ?

একলব্য : অদোম্না ঐগী হায়জবা পুম্বা তাবিখিদে।

দ্রোণাচার্য্য : অচুম্বমকনি। (ওইহাক লৈরগা) শাস্ত্রগী মতুংইন্না ঐগী বিদ্যাসিদি ব্রাহ্মান নত্রগা ক্ষেত্রী মচাশিংদতা তম্বীগদবনি।

একলব্য : মতিক চাজরবা অমদি পীথোচরকপগী মঙাল লৈজরবদি?

দ্রোণাচার্য্য : অনীদুদা নিয়ম হায়বসিমসু য়াম্না তঙাই-ফদে।

একলব্য : মদু অচুম্বব্রা?

দ্রোণাচার্য্য : হোয়, ঐ ইশাগী ওইনদি হায়রিবসিনি।

একলব্য ঃ ঐপোক্লবগী কানবা লৈত্রে। পোকল্লিঙৈদা ইম্না ইপাবু খঙনবগী নিয়মদু মহৌশনা পীবিগদ্রা?

দ্রোণাচার্য্য ঃ অদুবু মীওইবগী মপোক্তি মতম পুম্বদা পামজদবা মফমদতা ওনশিন্দুনা পোকই; মদুদা ঐনা করি তৌরব্বা ভমগনি?

একলব্য ঃ অদোমগী থম্মোয়নুংদসু অসিগুম্বা নিয়মসিদা খাজবা লৈত্রা?

দ্রোণাচার্য্য ঃ কনানা নিয়মসি থুগাইরগনি, খাজদুনা লৈবা তাই। (ভাইহাক লৈরগা) নঙনা অসুক য়াম্না হৈথোই শিংথোইরবা মহৈসি কনাদগী তম্লুবগে? অসিগুম্বা বিদ্যাসিদি ঐগী অচানবা সেবক অর্জ্জুন ফাওবনা হৈবা নত্তে।

একলব্য ঃ পুন্নমক অদোমগী থৌজাননি গুরুদেব।

দ্রোণাচার্য্য ঃ ঐবু করিগী কান্নদবদা অদুক য়াম্না থাগৎলিবনো।

একলব্য ঃ মদু নত্তে, গুরুদেব! ঐনা অদোমগী মুর্ত্তি শাজে। মদুগী মথোঙদা ফমদুনা তমজরিবনি।

দ্রোণাচার্য্য ঃ গুরু য়াওদনা অসুক য়াম্না হৈশিংলিবা। নঙ লাইবক ফবা ওইয়্, একলব্য!

অর্জ্জুন ঃ মসি ওইথোকপা য়াব্রা গুরুদেব?

দ্রোণাচার্য্য ঃ উরিবসিবু মীনম্বনি করম্না হায়গনি।

একলব্য ঃ অদোমগী থৌজান্দগী মহৈ য়াম্লিবনি। অদোমনা উমংগী সেবক ঐঙোন্দগী গুরু দক্ষিনা নিবীয়ু।

দ্রোণাচার্য্য ঃ করম্বা মওংদনো? ঐনা নঙোন্দা করি তম্বীব্রদনা?

একলব্য ঃ থৌনা হায়্রিবদুদি।

দ্রোণাচার্য্য ঃ অদুনা নঙগী লৈবাক মচা তাবগী বানিদনা।

একলব্য ঃ ওইনিংবা ওইজসনু, ঐ অদোমবু গুরু ওইনা খল্লবনি। হৌজিক্তি মহৈ য়াল্লবনি অদুনা ঐসে য়াম্না মতিক চাদবা সেবক্তু ওইব্রবনি। [দ্রোনা বাখল তৌই। অর্জ্জুনগী মায়গৈদা অর্থ লৈবা মীৎয়েংদা য়েংঙি। তপ্পা-তপ্পা মহাক্কী মায়থোংদু কনশিল্লকই।]

একলব্য ঃ (মঙোন্দা চিঙনা য়েংলদুনা) ঐগী গুরু দক্ষিনাসি। লৌনবিরিব্রা?

দ্রোণাচার্য্যঃ করিগী লৌদনি, লৌগনি। নঙনা কম্না হেক হায়রবনিনা .... (ভাইহাক লৈরগা) অদুবু নঙ পীবদি পীগনিদনা?

একলব্য ঃ অদোম্না নিবিরবদি।

দ্রোণাচার্য্য ঃ তোক্লোদা, নঙ পীব্বা ভম্লোই।

একলব্য : করিগী পীবা ওম্নোইদৌরিবনো? পাণ্ডব নত্রগা কৌরবশিংগী মচাগুম্বদি নত্তে, শাদানবা নিংথৌগী মচানি। অদোমনবু হায়ব্লিরবদি মহাক্কী লৈবাকসি ফাওবা অদোমগী নফমদা কথচবা ওমগনি।

দ্রোণাচার্য্য : ঐহাক লৈবাক পাম্মদে।

একলব্য : অদু ওইরবদি?

দ্রোণাচার্য্য : ঐগী গুরু দক্ষিনাসি নত্তোন্দা য়াম্না অবাবা ওইগনি।

একলব্য : থবায়সিদগী হেন্নদি লৌবিরোইদনা।

দ্রোণাচার্য্য : অদু ওইরবদি তারো, ঐহাক নঙগী য়েংথংবা খুৎতুগী খুবীদু পাম্মী।

একলব্য : অদোম্না নিবিরিবদুবু করিনো। খুবী পীথোকপ্রবা মতুংদা করিনো ঐগী লৈহৌগদৌরিসে। অদোম্না য়াইফ মঙ্গোল পীবিরিব্রা নত্রগা শাপ পীবিরিব্রা?

দ্রোণাচার্য্য : অদু ওইরবদি করিগী নিয়ু হায়রিবনো? ঐনা নত্তোন্দা নিথিবা লৈতে?

একলব্য : গুরু দক্ষিনাদুদি ঐ শোয়দনা পীজগনি, আচার্য্য। অদুবু য়াহং অমতদি হঙ্গথচগে?

দ্রোণাচার্য্য : করম্বা বাহংনো?

একলব্য : অদোম করিগুম্বদা অর্জ্জুনদা মহাক্কী য়েংকী খুৎ নিবা ওম্বীগদ্রা? অদোমনা ভীমদা মহাক্কী পাম্বোম নিব্বিবা ওম্বীগদ্রা? (দ্রোণাচার্য্য তুমিন্না লৈ।) নিবযসু ফংলোই। (ওাইহাক লৈরগা।) অদোম্না করিগী খুবী নিবিরিবা? অদোম নশাগী সেবক হাৎপা ওইব্রোইদ্রা?

দ্রোণাচার্য্য : অদু ওইরগা পীরনু। ঐ কনামতদা নম-হাবা তৌদে।

একলব্য : মদুগী বা নত্তে। ঐ শোয়দনা গুরু-দক্ষিনা পীজগনি। (ওাইহাক লৈরগা) পুজাগী পোৎলমশিং লৌজরুথিগে।

[ একলব্য থুনা য়াংনা চৎখি। মীৎকুপ থরা অর্জ্জুনগা দ্রোনগা তুমিন্না লৈহৌই।]

অর্জ্জুন : গুরুদেব, অদোম্না থম্মোয় কনবিরক্লিবসিগী মরম থঙজদে।

দ্রোণাচার্য্য : করিবো?

অর্জ্জুন : একলব্যদা করিগী খুবী নিব্বিরিবনো?

দ্রোণাচার্য্য : ধর্ম্মগী ওইবা নিয়মগীনি। অত্তোনবা অমদি উমংগী মীওইশিংদা লিরুং তেনগী মহৈসি তম্বীবা য়াদে হায়বসি থওদ্রে।

অর্জ্জুন ঃ অদুবু অদোম্নদি মহৈদি তথীথিদেদনা? অদোমদা গুরু দক্ষিনা কৎপসি ফাওবা তৌহেদবা ওইরোইরা?

দ্রোণাচার্য্য ঃ একলব্যগী খুবী য়াওদুনা লৈবগী অর্থ খঙলরা? লিরুং তেন্নসিদগী মহাক্কী মনিঙতম্বা ওইরকনি। তম্না-তম্না মহাক্কী জাতিনা খুদুম চনশিন্নকনি। (ভাইহাক লৈরগা) মতিক মগুন হেনগৎলকলবা কান্দা ক্ষেত্রি মচাশিংগা মরি থম্নরকনি। মদুগী মতমদি বর্নাশ্রমদা লাইনীংগুলিবশিংদা খুদোং থিবা থোকহল্লকনি। (ভাইহাক লৈরগা) মহাক্কী খুবীদুবু লৌথোক্লগা ঐনা অসিগুম্বা খুদোং থিনিংগ্রই ওইবসিবু মতম পুম্নগী ওইনা লোইশিনলবনি। খঙলেদনা?

অর্জ্জুন ঃ অদু ওইরবসু মদু চুমদে, গুরুদেব। (ভাইহাক লৈরগা) উদ্রবা, মহাক্কী মমিংতা ক্ষেত্রীশিংবু কয়াদা তুকৎচনা য়েংলিবা। (ভাইহাক লৈরগা) অদোম্না মশাগী তুমখৎচরক্লিবা ময়োনসিবু অহানবমক্তদা থদৎপীরে।

দ্রোণাচার্য্য ঃ হোয়, থদৎলিবনি। মহাক্না ঐগী নাপলবু করিগী শীংনরিবা?

অর্জ্জুন ঃ করম্না শীংনরিবা?

দ্রোণাচার্য্য ঃ ঐগী ইতেং য়াওদনা ফাওবা লিরুং তেন হৈবা অমা ওইবা গুম্মী হায়বা উথলিবসি শীংনবনি। (ভাইহাক লৈরগা) হয়েংগী ইতিহাসতা ঐগী শোয়নাইবা মওংসিদা লোক্লব্রনি ...

অর্জ্জুন ঃ ইতিহাসনদি অদোমবু হয়েংসু নোক্লরনি। মশাগী পীথোকরকপা মগালবু জাতি অমদি খুজিন থৌরাংগী মিংদা হেক-হেক তুহৎপিরকপা মতাংদা মীয়াম্না গুরুদেববু নীংশিংনরকনি।

দ্রোণাচার্য্য ঃ (ইতুক-তুক্রা) নঙমরুসু অদুম্না হায়রবা? নঙ ফাওবদি হায়ফম থোক্তে।

অর্জ্জুন ঃ করিগী?

দ্রোণাচার্য্য ঃ করিগীনো হায়ববু উমংগী মীসিনা খরা লৈরগদি নহাক্কী লম্বীদা ফাওবা অচৌবা তিংখঙ ওইরকদৌরিবনি।

অর্জ্জুন ঃ ওইনিংবা ওইজশনু। মহাক্তগী মায়পাক্লবগীদমক হেন্না ইহে তম্বা তাবনি।

দ্রোণাচার্য্য ঃ নত্তে, অর্জ্জুন, মহাক্কী পীথোক্লকপা মগুনসিদি ব্রাহ্মামক্কী মশক্তি। নঙ মহাক্কী মমাঙদা লেপ্পা গুম্লোই।

অর্জ্জুন ঃ অদোম লৈনা লৈনা?

দ্রোণাচার্য্য ঃ হোয়নে, ঐ লৈনা লৈননিনে। একলব্যনা ঐহাকী অয়োইবা পণ্ডখৈদু খণ্ডম্রে।

অর্জুন ঃ মরমসিদগী অসোম্বা ...

দ্রোণাচার্য্য ঃ নীংশিংলিব্রা; ঐনা নোংমা য়াম্বা হয়াওনা নণ্ডোন্দা মঙ্গল পীখিবদো, লিরুং তেন্দা নণ্ডোন্দগী হেনবা কনা লৈররোই হায়না। গুসিদি ঐনা ঙাংখোকখিবা বাদু ঙাক্রবনি।

অর্জুন ঃ মদু চুমদবনি, গুরুদেব। মণ্ডোন্দসু ঐণ্ডোন্দসু।

দ্রোণাচার্য্য ঃ নণ্ডোন্দদি কবিগী?

অর্জুন ঃ কবিগীনো হায়রবু পৃথিবীসিদা লিরুং তেনদা খুইদগী হৈশিংবদু ঐগী ইমিথসিনা উজরে। (ঙাইহাক লৈরগা) মতুংদা করিগুম্বা ঐবু পৃথিবীগী ওইনা লিরুং তেনদা হৈশিংবনি হায়রকসু মতমদুদা একলব্যগী অশাবা ঈদুনা খুৎতুম শিংদুনা ঐবু কবেম্নবক্কনি। গুরুদেব, ঐনা অদোমগী অবানবা বাখল্লোন্দু কৈদৌঙেদা মাই পাকহনবা ঙমজররোই।

দ্রোণাচার্য্য ঃ অপণ্ডবগী বাঙাংদো তোক্লো।

অর্জুন ঃ গুরুদেব, হৌজিকসু মতম লৈরি। লেংশিনবিবো, একলব্যবু খামবিহৌরু। ঐ অসিগুম্বা পা পকী মশক ওইবা থবকসিদা য়াওজনিংদে।

দ্রোণাচার্য্য ঃ তুমিন্না লৈয়ু! ইশানা ঙাংখোকখিবা বাদুবু ঙাকহল্লু। ঐবু লৈবাক নিংথৌগী ওইবা থবক্তো পাঙথোকহল্লু।

অর্জুন ঃ নত্তে, গুরুদেব।

দ্রোণাচার্য্য ঃ য়েংঙু, য়েংঙু, একলব্য লাক্লে।

[একলব্যনা পুখমদা পুজাগী পোৎলমশিং হাপতুনা পুথোবকই। মহাক্কী খুবী ককৃথৎলে। খুৎশাদু অঙাংবা ঈতনা পুমঙাং ঙাংলে। দ্রোণাচার্য্যবু অঙাংবা ঈনা লাইবক্তা নমলে।]

একলব্য ঃ (মখোংশোল্লা খুরুমদুনা) মসিদা লৈরে অদোমগী গুরুদক্ষিনা, গুরুদেব! অসিদা লৈরে অদোমগী গুরুদক্ষিনা!

[ দ্রোণাচার্য্যঃ মখুৎ অনি থাঙৎতুনা মঙ্গল পী। অর্জুনা নুংঙাইতবা মিৎয়েংদা একলব্যগী মায়গৌদা য়েংদুনা লৈ। তপ্পা-তপ্পা মমশিল্লকই। ]

*▲*

# অনিশুবা তাঙ্কক

[ফম্পাক্তু ইহাঙ হাঙলম্মী। টেলিফোন লেপতনা খিঙলি। লীলা চঙলক্তুনা টেলিফোন থাংগৎলি।]

লীলা ঃ হল্লে ... কনানো মিসেজ শুকলা ওইবিরব্রা? ঙাংজরিবসি লীলানে .... নত্তে .... নত্তে হৌজিক ফাওবা প্রিন্সিপাল সাহেব হল্লক্ত্রি। করি হায়বা? সাড়ী হাওসতা অনৌবা সাড়ী থুংলে হায়বা। ঐদি নহাল লৈজরুরে। .... ফরে, অদু ওইরদি নৈনতালগীদমক শেম শাবিরেদনা? ফরে - ফরে, মি. শুকলাদি টুর চৎলদবা। ... হোয়নে য়ৌবিরুরোনে। .... অদোমগী গাড়ীদা চৎকদৌরিব্রা, সরকারগীদা? ... য়াম্না নুংঙাইবা বানি অদোমগীদমক। ... করিগী লাক্রোহি? ... শোইদনা চিং লগা পুজরক্কে মিসেজকিদা। পুলিসকী নূপী ওইরগা কৈদৌরবা? ... অহোয়, সুদীপ পাস তৌরে। মকোক্তা লাক্রে। ... হৈনৌ চাম্মাগী অচারদা অদোম্না কলৌংজী কয়াম হাপ্পীবগে? প্রাম চাম্মা। ঐদি চাম্মা য়াংখে হাপ্পী। হেরা করিগী চিঙনরিবনো? ঐগী চমপ্রাসীদো হেক্তা থাজরক্কে। ... ফরে- ফরে ... নমস্কার।

[ অরবিন্দ চঙলকই য়াম্না বানা নুংশা থীনা উই। লীলা ফোন থম্মী। ]

লীলা ঃ (ফোন থম্ফমগী ফাল মচাদুদগী চিঠী লৌখৎতুনা পী) সুদীপকী চিঠী লাক্রে।

অরবিন্দ ঃ (য়াম্না খজিল্লদনা) থম্মু। পাগে।

লীলা ঃ পাবিরো। ইচাদো মেরিটতা মকোক্তা হেক তারকই।

অরবিন্দ ঃ অদুবু করি তৌ হায়রিনো?

লীলা : করিনো মখোক অরক্লবা ফাওবদা করিমত্র নুংঙাইবা পোকপীদ্রো?
অরবিন্দ : অদু ওইরগা শহর পুম্বসি মিঠাই রেস্তুরেন্তনা।
লীলা : অদুম্না হেক্তা ককথংপিরিবা করিগীনো?
অরবিন্দ : সি হায়রব্রদি করি হায়ুগে! নখোয়গী মীনুংশিদগী প্রিন্সিপালদি ওইরেদনা।
লীলা : অদুদা কৈদৌরগে?
অরবিন্দ : অচৌবা নিংথৌগী সিংহাসনগুম্বা অমা ফংলেসিনিনে হা! নোংমতা লেনা তানা পোখাজবা ফংদরে। নুমিৎ খুদিংগী থৌদোকসে অমা নত্রগা অমা থোক্লনতা লৈব্রবা ...
লীলা : অদুক য়াম্না খঞ্জিল্লবদি করম্না থবক তৌগনি?
অরবিন্দ : অদু নত্রগা শিরো হায়রিব্রা?
লীলা : প্রিন্সিপাল ওইরবা ফাওবদা নঙবু পেনম্রিব্রো?
অরবিন্দ : মীপুম খুদিংমক্লা ঐবু পুকচেন শেংদবা, ওইজবা থিবা ওইনা উবিরে, ঐগী বা কনামত্তনা তাবিদে।
[ য়দু চঙলকই ]
য়দু : কৈদৌরগে, ভাই? প্রিন্সিপাল ওইরবা ফাওবদা পেনবসি মলৈত্রবরো?
অরবিন্দ : করিনো হায়নিংলিবদুনা?
য়দু : থবক্তা পুক্নীং চঙদবা মীওইনা উরদনা। হেক থেংনবা খুদিংগী মায়থোংদো ইসুকতা সুকথদনা লৈবা।
অরবিন্দ : প্রিন্সিপাল ওইহনখোদনা! ঐসে মী ওইনা উবিদ্রবনে।
য়দু : কৈদৌরগে হায়রিসিবো?
অরবিন্দ : করিসু তৌদে।
য়দু : করিগুম্বা থরদি থোক্লে। ঐ নঙগী নগুন চপ চানা খঙবা মীনি। (অরবিন্দ তুমিম্না লৈ।) হায়দোক্লরোই হায়রিব্রা য়েক্লম চিননাইদবীদৌনা তুমিম্না লৈরগেরো!
অরবিন্দ : ঐ তৌফম খঙদ্রে।
য়দু : প্রসিডেন্টনা অমুক য়াচোই ভাংবা হৌরক্লব্রা?
অরবিন্দ : মদুদি পোকপদগী য়াওরক্লবা মাগী হৈনবিনিদনা।
য়দু : লেকচর অতৈনা অমুক করেম্নরক্লবা?
অরবিন্দ : ঐঙোন্দবু কনানো করেম্নগদবা?

যদু ঃ অদুগা কৈনৌরব্বা?

অরবিন্দ ঃ হৌজিকপু করম্বা তমগনি। শুমলোই লোইরবা বানিদা।

যদু ঃ হায়দোক্রোইদ্রা।

অরবিন্দ ঃ তাগেরো? রাজকুমারনা নুপী মচা অমবু ইজ্জৎ মাঙহল্লবা হোৎনরম্লিবনিনে।

যদু ঃ ইজ্জৎ মাঙহনবা। করম্বা নুপী মচাদনো?

অরবিন্দ ঃ অনুরাধাদা।

লীলা ঃ অদুক চাওখত্তবা লীচৎ।

অরবিন্দ ঃ (লাওহৎতুনা) নঙ বা অমত্তা ঙাংলেকনু। নঙগী দুরিদগীনি রাজকুমারনা ঙসি ফাওবা কোলেজসিদা লৈরিবসে।

যদু ঃ থৌদোক্তুবু কদাইবাইদা থোক্লিবনো?

অরবিন্দ ঃ কদাইদা ওইগনি? কোলেজদনিদনা।

যদুঃ কোলেজদবু ওইবা য়াবা বারনে? মফমদুদি নঙসু লৈরি?

অরবিন্দ ঃ লাইবক্তা শুমথোউ তমক্লবদি করি তৌরুনি। ঐ ফাওবা থাজদে। থোকখিবা থৌদোক্তুদি অশেংবনি মদুদি ...

যদু ঃ করম্বা থোকিখিবনো? আই-কার্ন্ট বিলীভ।

অরবিন্দ ঃ নঙসু খঙলিবদুনি। কোলেজ মনিঙদা লৈকোল অমা লৈদনা মদুদা। পুক্তমরী তারকপগী অদুদা। নুপা মচা পুম্বা কোলেজদগী হনগ্রবা কালদুদা। (ঙাইহাক লৈরগা) শাৎকাইবদা ঙাইরিবা গুম্নপকী লৈশিংদু য়েংলুগে খনদুনা ঐনা।

যদু ঃ অদুদগী?

অরবিন্দ ঃ লৈকোলদুগী মানক হেক য়ৌরকপদা পাখখনা লাউবগী খোঞ্জেলদু তারকই। ঐনা চেনশিন্দুনা য়েংলুই। মতমদুদা রাজকুমারনা অনুরাধাদা .... ফানা চিঙনদুনা লৈরম্বা উরকখি। ইট বাজ হারিবল। (ঙাইহাক লৈরগা) ঐনা রাজকুমারদু লাক্লুনা চিঙথোকখিবনি। চেনশ্রেদনা চন্দালদো। অনুরাধাদু শুৎ-শুৎ কপ্লুনা লৈহৌরে। খঙলেদনা ইমেজিন মাই স্টট ওফ মাইনদ .....

[ মীৎকুপ খরা ইচিক চিকলান্নী।]

যদু ঃ অশেংবনি য়াম্না খশ্মোয় শোক্লিংঙাইনি। অদুবু নুপী মচাদুনা মথক্তা লৈকোলদুদা করি তৌরম্লিবা।

অরবিন্দ : কনাগুম্বা অমা ঙাইরম্লিবা জাৎনি।

য়দু : কনানোনে ঙাইরম্লিদো?

অরবিন্দ : হৎবদগী মমিংদু হায়ু য়াদে।

য়দু : ওইরম্বসু য়াই কনাগুম্বা প্রেমী অমবু।

অরবিন্দ : মদুদা করি পাপ লঙশিনখ্রবগে। অদুম্না থোকলম্লবদি ঙাইরমবা ওহৌরম্লোইদনা।

লীলা : ঙাংগনু হায়রবসু ঙাংনিংলক্রে। থৌদোক্কুগী দাইত্বদুবু নঙনা লৌফম থোকপ্রা?

অরবিন্দ : অদুক য়াম্না জ্ঞান তাপ্রিবসিবো করিগীনো? ঐনা করিগুম্বা হৎগী প্রিন্সিপাল ওইরমদ্রবা লমচৎ নাইদবদুগী মতিক মথৌনা দু লৌরমখিগদ্রা?

য়দু : অদুবু ... মসিদা নঙগী করি দোষ লৌরিবগে? পুম্নমকসিগী দাইত্ব নংনা লৌফম থোকপ্রা।

অরবিন্দ : য়ু ডোন্ট অনরসটেনদ ড ট্রেজেডী। হায়রিবা থৌদোক্কুগী শক্তিদি ঐ ইতোমতনি। (ঙাইহাক লৈরগা) হয়েং কোর্ট কারবসু ঐদি কৌথৎলক্লগনি।

য়দু : মহাক্না অইবা ওইনা পীরক্লব্রা?

অরবিন্দ : করিগী ইরক্রোইদৌরিবনো? অপঙবা অমা ওইরম্লবদি তুমিন্না ফমদুনা লৈরম্লোইদ্রা !

লীলা : বাকমসে য়াম্না পাকথোক চাউথোকদৌরিব্রা?

অরবিন্দ : হন্দক্তি নোংলৈ নুংশিংকুম্বনি। অদুগা হয়েং ফাওবগী মনুংদা ছাত্র পুম্বা খঙনখ্রনি। নুপামচাশিংদুনা রাজকুমারবু মতিক থোকপা দন্দী পীয়ু হায়রক্কনি। পুলিসকী কেস ওইরবা য়াই। (ঙাইহাক লৈরগা) চন্দ্রদু শাহরসিদা লৈরম্লবদি থোকখিবা থৌদোক্কুগী লমন শোয়দনা খুমগে হায়রক্কনি।

য়দু : মহাক্কী কোলেজসিদদি লৈত্রেদনা?

অরবিন্দ : কোলেজসিদা লৈত্রগা কৈদৌবা। মহাক্কী মরুপ-মপাং ময়াম অমা লৈরিসিদি। নীংশিংলিদনা নুপা মচা ময়ামদু পুলিসনা যুক্তনখিবদো। মথোয়গী লুচিংবশিংদু কোলেজসিদগী তাহোকখি। মথোয় তুমিন্না লৈগদ্রা? ঐনা পুম্নমক্কী মমাঙদা মীনম্বা ঙাংখি। মথোয় ঐব ঙাকপীগদ্রা?

য়দু ঃ রিপোর্ট নমশিন্দুনা থম্মু।

অরবিন্দ ঃ মদু ওইবা য়ারোই। থৌদোক্তু ইমাগুদনি। পুন্নমক অচুম্বনি, অকিবগী মাশক্তুসু অচুম্বনি অদুনা ঐ মীনম্বা ঙাংবা ঙম্লোই।

লীলা ঃ অচুম্বা ঙাংবগী মরমদুদি খঙলব্রা?

অববিন্দ ঃ নঙ তুমিন্ন লৈয়ু হায়রেদনা। ঐনা খল্লম্বনি নঙ ইজৎ মাঙহনবগী বারীসি তারগা য়াম্না নুংঙাইতবা পোক্কনি হায়না। রাজকুমারদু মতিক চাবা দন্দী পীরগা ঐ মীখা পোলহল্লোইদ্রা হায়না। অদুগা নঙনা .. ওয়াতৈনবদা .. করিগীনো ওইজবনা নপুন্নিংগী অচুম্বদু হাৎতোকচরীবা?

লীলা ঃ প্রাসিডেন্টনা নঙবু থবক্তগী লৌথোক্লবা মতমদুদা?

অববিন্দ ঃ লৌথোকচশনু। থবক! থবক!

যদু ঃ খবা খন্থবগা ঙাংঙুনে, অরবিন্দ।

অববিন্দ ঃ করি অবানবা বা ঙাংগ্রবগে!

যদু ঃ নুপী মচাদুবু থেমজিল্লু। মঙোন্দা হায়বিয়ু বাফমসিনা শন্দোকপ্রবদি মাগী বাদনাম ওইগনি। তুমিন্না লৈথোকপনা খাইদগী ফাববনি হায়বিয়ু। থেমজিনবদুদা য়ারক্রবদি কোইবাং লাঙলুবগী কবি কম্নগনি?

লীলা ঃ ওঝা য়দুনা হায়রিবসি অচুম্বনি। নহাকসু মীনম্বা ঙাংলরোই অদুগা খুদোংথিবসু নংঙবোই।

অরবিন্দ ঃ নঙ তুমিন্না লৈয়ু হায়রেদনা।
[থোঙ থিল্লকপা। প্রাসিডেন্ট চঙলকপা।]

অরবিন্দ ঃ (ইঙক-ঙক্না ) অদোম?

প্রসিডেন্ট ঃ (যদুদা য়েংলগা) ঐ অদোম খঙ্গা বাবী শান্নবা পাম্মী। (য়দু ইঙ্গিটতু খঙলদুনা থোকখি। প্রসিডেন্ট পুক্কীং লৈতানা সিগার চিংলদুনা ফমথরক্কই।) মি. অরবিন্দ কোলেজদা বাথোক অচৌবা অমা থোকগ্রে অদুগা অদোমদি ঐঙোন্দা পাউ পীবা ফাওবা মথৌ তাদ্রে হায়না খনগ্রে।

লীলা ঃ (মবক থৎতুনা) মহাক অদোমগী নাক্তা চৎকনি হায়দনা তৌরম্লিবনি। লৈতাফম খঙলম্লোই হায়দনা হায়রম্লিবনি। প্রসিডেন্ট সাহেবতু বাখলনা ফুম্বঙননা লৈরম্লগনি হায়দনা।

প্রসিডেন্ট ঃ (লীলাগী বাফমদুবু মরুওইনা খল্লগা অরবিন্দদা ওনশিদুনা)

অদোম কোলেজদগী ঐগী য়ুমদা চুম্না লাকপদু পামব্রেদনা? (ভাইহাক লৈরগা) অদুবু অদোমদি হায়রিবা তাঞ্জদুসু কদাইদগী ফংলগদগে? অদোমদি নুপী মচাদুগী রিপোর্ট ইদুনা লৈরে।

অরবিন্দ : রিপোর্টতুদি মা মশানা ইজবনি।

প্রসিডেন্ট : মদুদা অদোম্না য়াদবদি তৌখিদেদনা।

অরিবিন্দ : মসিবু মহাক্কী অধিকার নত্রব্রা?

প্রসিডেন্ট : মহাকপু থেমজিনবা হায়বসি নহাক্কী নথৌনি।

অরবিন্দ : (থোন-কলপগা) অদোমগী নচানুপীদা ঈজ্জৎ মাংহনগে তৌরম্নবদি অদোম তুমিন্না লৈথোকপ্রা?

প্রসিডেন্ট : (শাওনা) মিষ্টর অরবিন্দ!

অরবিন্দ : (লীলাদা) নও মনুংদা চণ্ডব্রো।

প্রসিডেন্ট : নুপী মচাসিগী মায়গেদা বা ভাংলে হায়বসে তশেং-তশেংনা তাক্লে।

অরবিন্দ : অদোম্না খননিংবদু খনবীয়ু।

প্রসিডেন্ট : অদোম রাজকুমারগী মায়োক্তা একশন লৌনবা খল্লিব্রা?

অরবিন্দ : ওফ কোর্স! লৌদ্রবদি নুপা মচাশিংদুনা শেৎতুনা চাথ্রনিনে।

প্রসিডেন্ট : মিষ্টর অরবিন্দ, ঐনা ঐগী ইচা নুপাসিগী মঙাওসিদা কয়াদা বাজবা হায়বদু অদোম খঙবিদ্রে। (ভাইহাক লৈরগা) মপা ওইবা খুদিংমক্কি।

অরবিন্দ : অদু ওইরবদি মহাকসু মশানা তৌজরুবদুগী দন্দী ফংজশনু।

প্রসিডেন্ট : অতৈ মতমদা ওইরম্নবদি অদোমগী বাফমদু য়ারমগদবনি। অদুবু হৌজিক্তি মদু নত্রে।

অরবিন্দ : করিগী?

প্রসিডেন্ট : হৌজিকপু অদোমদা করিগী লোৎলুগনি? ঐ মন্ত্রী মন্দলদা য়াওনবা বারী শানরিবনি। ঐগী মিংচৎ থিবা য়াবা নত্রে।

অরবিন্দ : অদু ওইরগা রাজকুমারবু রেস্টীকেট তৌরোদনা। অদোমগী মিংচৎসু হেঙ্গৎলগনি।

প্রসিডেন্ট : রাজনীতিদা অচুম্বা হায়বা মতমদো হৌদ্রে, মি. অরবিন্দ!

অরবিন্দ : অদু ওইরবদি অদোম্না পাম্বীরিবসে করিনো?

প্রসিডেন্ট : নুপা মচাসিবুসু মরান লৈহন্দবা। ঐবুসু মন্ত্রী ওইহৌবা। (ভাইহাক লৈরগা) মীপুম খুদিংমক্পা য়ানরবা বাফমদা রাজনীতিগী

ওইবা মিথয়েংদা মসিবু আত্মাহত্যা কৌই।

অরবিন্দ : মীপুম খুদিংমক্তা য়ানরবা বাকমদা মীনম্বা ঙাংবা হায়বসি ঐগীদি আত্মাহত্যা নত্রা?

প্রসিডেন্ট : অদুবু অসিগুম্বা তাঞ্জসি করিগী পীরিবনো? অদুম্না খনগনু মসিদা অদোম ঙাংকম্ব থোক্তে, অদুগা অতোপ্পবুসু।

অরবিন্দ : মদু নত্তে, দ্বন্দকমুক্তি ঐ অচুম্বদু শোয়দনা ঙাংলগনি।

প্রসিডেন্ট : অদোগী ধর্ম্মরাজ ওইবগী বাঙাংদু হৌরক্রবা। অদুম ওইনমক ঐগী অপাম্বা অনিংবগী মতুংইন্না তৌবা তাবনি।

অরবিন্দ : অদোম্না লাম্না লৌবিরে।

প্রসিডেন্ট : ঐ ... হয়েং অদোমনা করিগুম্বা খরা ঙাংনরকপদা কনানা থাজবিগনি?

অরবিন্দ : করিগী?

প্রসিডেন্ট : করিগী হায়ববু হয়েং ফাওবা অদোমদি পুলিসকী কষ্টদিদা লৈখিনি। (মতমসি লীলা চঙলকই) ঐ চৎলে।

লীলা : অদুবু মহাক্কী মরানবু করিনো?

প্রসিডেন্ট : মায়োক্তা লৈবগী, গুপনগী মায়োক্তা লৈবগী। (হৌগৎলদুনা) ফরে, মিষ্টর অরবিন্দ। মিৎকুপ খরগী মতুংদা ঐ টেলিফোন তৌরক্কে। মরকসিদা ঐনা হায়বা য়াববদি অফবা ওইগনি। (চৎখি) [লীলা অরবিন্দগী মায়গৈদা পাখৎনা য়েংদুনা লৈ। মিৎকুপ খরা পুমচিক চিকই।]

লীলা : নঙনা তৌরিবসিবু করিনো জেলদা ফাওবা চঙবগী ফিভমসিবো?

অরবিন্দ : ঐবু থাজদবরো?

লীলা : অদু ওইরসু।

অরবিন্দ : ঐ অরানবা অমতা তৌদে।

লীলা : প্রসিডেন্টনা করিগী থমকা তৌরম্লিবনো?

অরবিন্দ : মহাক্কী লৌনম লোনচৎ নঙ খঙদ্রি।

লীলা : নঙোন্দা অরানবা অমতা তৌবা য়াদ্রব্রা?

অরবিন্দ : নত্তে, ঐনা ইশাগী থবক্তা গুকচেলতিংনো তৌরক্লি।

লীলা : করিগুম্বা প্রসিডেন্টনা শাওখিদুনা নঙবু জেলদা থমজিনগ্রবদি?

অরবিন্দ : মহাক্কী মপানা ফাওবা জেলদা থমজিনবা ঙমরোই। থবক লৌথোক্লে লৌথোকচপনু।

লীলা ঃ খবক তোকপগী মরম খণ্ডলব্রা?

অরবিন্দ ঃ হোয়নে, খণ্ডলেনে। নহাক্কী ম্নমসিসু মুনখ্রনি। টেলিফোন লৌথোকখ্রনি। লেম্না থম্বা চমগ্রাসিসু লৈরগ্লোই। নগুবুসু প্রিন্সিপালগী নুপীনি হায়বিরগ্লোই। (মনুংদা ব্রতিন তারকপগী মখোন) ঐ গুসিদি নগুগী মা অমত্তা তারগ্লোই।

[ লীলা মনুংদা চগুখি। অরবিন্দ লাগুতক্লনা টেলিফোনগী মনাক ফাওবা চগুশিনলি। নম্বর ডায়ল তৌই। মায়গৈদুদা ইগুগেজ লৈবগী মওং। পাইরম্বদু থম্মী। অমুক নম্বরদু ডায়ল তৌই। অমুকসু ইগুগেজ লৈরম্বা। অনুরাধা চগুলকই। চহী কুনগী মথক। য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইরি। অরবিন্দ মহাক চগুলকপদা ওকই।]

অরবিন্দ ঃ নগু হৌজিক মফমসিদা?

অনুরাধা ঃ হোয়, সার।

অরবিন্দ ঃ মসিদা লাকপগী তাগুইফদবা করি লৈ?

অনুরাধা ঃ ঐনা খণ্ডবা পামজরিবসি ...

অরবিন্দ ঃ করিবো?

অনুরাধা ঃ অদোম চপ চানা একশন লৌবিগদ্রা লৌবিগ্লোইদ্রা?

অরবিন্দ ঃ নগুনা পাম্নিবসি চপ চানা একশন লৌবদুনি নত্রা?

অনুরাধা ঃ মদু নত্রবদি করিগী রিপোর্ট তৌজরুগনি?

অরবিন্দ ঃ নগুনা ইমা-পাবুংদা লোইনা তমথোক্কুরব্রা?

অনুরাধা ঃ হোয়।

অরবিন্দ ঃ করি হায়?

অনুরাধা ঃ তুমিন্না লৈথোক্লো হায়। কোলেজসু থাদোক্লো হায়না হায়।

অরবিন্দ ঃ করিগী?

অনুরাধা ঃ মখোয়না মসিগুম্বা মফমসিদা লাইরিক তম্বা হায়বসি অফবা নত্তে থম্নি।

অরবিন্দ ঃ কিদুনা হায়রিবা ওইরমগনি।

অনুরাধা ঃ কিজবা হায়বসি মখোয়গী মহৌশাগী ওইবা অমা নত্রব্রা? (ঙাইহাক লৈরগা) খন্নমগনি হয়েংদি খবরগী মীওইশিংসু খণ্ডলগনি। মখোয়না বাকোই ময়াম অমা হাপতুনা ফোং-লক্লনি। অনৌবা পাউ অমগী নুংঙাইবদু লৌদুনা পাকথদুনা

পারগনি। (ঙাইহাক লৈরগা) অদুম্না নত্রবদি, মখোয়সু ঐগী মাথা শারম্লোইদবনি।)

অরবিন্দ : নহাক্কী ইজৎতা তেমশিংনেরকপনি হায়বসি মখোয় খঙদবা জাৎলা? মখোয়গী আম্মাদুবু নুংঙাইতবা অমতা ফাওদবা জাৎলা?

অনুরাধা : মখোয়সিবু মী নত্রবা জাৎলা? করিসু তৌবা ঙমদবা? প্রসিডেন্টগা করম্না থেংনগনি? (ঙাইহাক লৈরগা) মখোয়না হায়রিবসি তৌরম্রবদি মীয়াম্না কল্পনা শক্তি য়াম্না তৌনরকনি। ঈজৎ লৌবগী থবক হেনগৎলিবা মখে অঙাং য়েথবা ফাওবা য়াওনরক্কনি।

অরবিন্দ : অদু ওইববদি নঙনা পাম্লিবসি করিনো?

অনুরাধা : একশন লৌবা।

অরবিন্দ : ইমা পাজিগী অপাম্বগী মায়োক্তা?

অনুরাধা : অহোয়। মখোয়গী অপাম্বগী মখাদা হিংলগা করি তৌরুগনি।

অরবিন্দ : নতোমতনা মায়োক্লবা ঙমলদ্রা?

অনুরাদা : অদোমসু ঐগীদমক্তা লেপ্পীররোই হায়ররিব্রা?

অরবিন্দ : (খঙপ্রেক খঙনা) ক... ক করিগী লেপ্লোইদৌরিবনো?

অনুরাধা : ঐখোয়গী পাবুঙবু কিহ্নলম্লে হায়বসিসু ঐ খঙি?

অরবিন্দ : কনানা কিহ্নগদৌরিবনো?

অনুরাধা : রাজকুমারগী খোংলোইশিংদুনা।

অরবিন্দ : করম্বা মওংদা কিহ্লগদৌরিবা?

অনুরাধা : ঐবু গুণ্ডাশিংনা কোয়শেন শেম্রহনবা রাজকুমারনা তৌবা ঙমদবশিংদু মখোয়বু তৌহনবা। ঐখোয়গী পাবুঙবুসু হাৎকনি হায়দুনা কিহনবা।

অরবিন্দ : করিগীনো নখোয়না পুলিসতা রিপোর্ট অমা ফাওবা তৌরুদ্রিবো?

অনুরাধা : মতমসিদা ইমা পাবুঙনা থাথোকসি চাওথোকহনবা পামদে অদুনা করম্না রিপোর্টকী থাথল চঙগদগে? (ঙাইহাক লৈরগা) ঐঙোন্দা ফাওবা মখোয়না হায়রিবনি করিগুম্বা রিপোর্ট তৌরম্রবদি য়ুমদগী তাম্থোকনি হায়না।

অরবিন্দ : কৈদাসিদা নঙবু একশন লৌবা পাম্লিব্রা?

অনুরাধা : অহোয়। ওইনিংবা ওইজসনু একশনদি লৌখৎকনি।

অরবিন্দ : পাবুঙনা য়ুমদগী তাহোক্রবদি কদাইদা লৈগনি?

অনুরাধা : অদুবু হংবা য়াম্লিবরো? অদুগনে হুন্দকমুক্তি রাজকুমার চেনফম লৈত্রবনি। ঐসিবু মহাক্কী অরোনবা লোয়নবিরো? নত্রগা মপাগী মরুনল্লা?

অরবিন্দ : বদনাম চারবা কান্দুদা নহাকপু কনানা লৌথিগনি?

অনুরাধা : নুপা খুদিংমক মীনুংশি চেনদ্রব্রা, সার। ঐবু চণ্ডজফম পীবিনবসু লৈ। (ঙাইহাক লৈরগা) মহাক্কী মীনুংশিদুনা ঐবু লাম্ফেং-নবগী থৌনাদু হাপ্পীরিবনি।

অরবিন্দ : মহাক অদু কনানো?

অনুরাধা : মহাক্কীদমক্তি ঐনা লৈকোন্দা ঙাইরম্লিবদু।

অরবিন্দ : অদু ওইরবদি মহাক করিগী লাক্তিবনো?

অনুরাধা : লাকপা শংথিদ্রে। অঙাই ফদনা থবক অমনা শহর থাদোক্লুনা চৎপা তাখি, (ঙাইহাক লৈরগা) করিগুম্বা মহাক্না লাক্রমলবদি ...

অরবিন্দ : অদুদা করি তৌদৌরিবা?

অনুরাধা : রাজকুমারগী মথিবোং মরিন ফোয়দৎলমগদবনি।

অরবিন্দ : নহাক্না মহাক অদুগী মমিং করিগী হায়দ্রিবনো?

অনুরাধা : মহাক্কী মমিং খঙলগা করি কান্নগনি।

অরবিন্দ : অদুনা হায়বদি নঙনা থৌদোক অদুগী ফলশিংদু মাঙজৌননা খঙলেদনা?

অনুরাধা : করম্না। ঐনা থৌদোক্কুগী অমাঙ অতোং খনবা ফাওবা খল্লুদে।

অরবিন্দ : ফরে, ঐ হয়েংমক রাজকুমারবু কোলেজদগী রেষ্টিকেট তৌগনি।

অনুরাধা : অদোম্না থোকলক্কদৌরিবা থৌদোকশিংদুগী অমাঙ অতোংদি খঙবিরব্রা নত্রগা খঙবিদ্রিব্রা?

অরবিন্দ : মহাকপু রেষ্টিকেট তৌবা ওমলোয় হায়না খল্লিব্রো? করিগী অদুম্না খল্লিবনো?

অনুরাধা : করিগীনো হায়ববু অদোমদি য়াম্নদি ঙাংবী, অদুগা থবক্তি অমা ফাওবা তৌবিদে।

অরবিন্দ : অদুনা হায়বদি নঙ ঐবু থাজদে নঙগী রিপোর্টতু ঐনা ইথিদব্রা? ঐনা মাগী মায়োক্তা লেপ্পবা হায়থিদব্রনে?

অনুরাধা : হায়, অদুবু ঐ খরদি ঙক্না থোকই।

অরবিন্দ : করিগী ঙক্লিবা?

অনুরাধা : করিগীলো হায়রবু চহী অহমগী মমাঙগা চন্দুনা বাফম অসিমক অদোম্না হায়বিখি। চন্দুনা মতম পুম্বদা অদোমগী বাহে খুদিংমক বেদগা মান্না থাজখি। অদুগা করি ওইহ্রে?

অরবিন্দ : ঐনা মঙোন্দদি করিমতা হায়খিদেনা।

অনুপাধা : অদোম মীনম্বা বা ঙাংবিরেনে! অদোম্না মহাক্কীদমক্তা লেম্লিগনি হায়না থাজবা উৎপিখিবা নত্রা। অদোমগী থৌহৈনশিল অদুমক্না মহাক মায়োক্নখিবনি। অদুবু চৈবুল চাখি। মহাকপু কোলেজদগী তাম্থোকখি। (ভাইহাক নৈরগা) মদুগী ওয়তৈনবদা প্রিন্সিপালগী মিংথোল ফংবিরেদনা।

অরবিন্দ : অদুগুম্বা মরান থঙজিনবদা নঙ ইকায়দ্রা? প্রসিডেন্টদি চন্দ্রগী মথক্তা কেশ অমা পানিশল্লগা দন্দী পীবা পামখিবনি, অদুবু ঐনা মহাক কনবিখিবনি।

অনুরাধা : অদুবু অদোমদি খুদোংচাবা য়েংলগা হেক-হেক মমায় লৈদুনা চেল্লী; মসি পুন্নমক ছাত্র খুদিংমক খঙই।

অরবিন্দ : মদু ওইরবদি নঙ-ঐবু থাজদ্রেদনা?

অনুরাধা : থাজবা অদুমক্কি পাল্লিবা, সার। পুক্নীংদা য়াম্না কি। করিগুম্বা অদোম্না মায় অমুক ওথোকপিগ্রবদি কদাইদা চৎলুগনি। ঐগী ৱাকৎপুম্বা ফাগীগুম্না লৌনরনি। মীয়াম্না ঙাংনবিগনি রাজকুমারবু লৌনম লাং থাক্লিবনি হায়না ...

অরবিন্দ : মুম্না থল্লু; অনুরাধা! অসিগুম্বা ইকায় হঙ্গোইনিঙাই ওইরবা থৌদোকসিবু নঙ ফাওবনা মায়োক্নবা ঙম্লগদি ঐনা করিগী মায় লৈদুনা চেনগদৌরি? ঐবু থাজৌনে, ঐ নঙগীদমক লেপকনি, ঐগী থবক তৎকে হায়রবসু তথচসনু।

অনুরাধা : অদু ওইরবদি ঐ অদোমগী বাহৈদুদা থাজবা থম্লবনি। হায়রিবা থৌদোকসিদা অদোম নত্তনা শাস্তি ওইবিনবা কনা লৈত্রবনি। অদোম্না লৈথোকপিগ্রবদি ঐগী মায় থম্মম লৈত্রবনি। মহাক্না ফাওবা ঐবু কি হঙ্গোই তুকৎচরমগনি।

অরবিন্দ : নঙ করিমতা থল্লুরনু। নহাক্কী হন্দক্কী থৌদোকসিমক ঐঙোন্দা থোকপথা চপ মান্নরবনি।

[টেলিফোন খিঙলকপগী মখোল। অরবিন্দা ফোন থাংগথলি। লীলাসু চঙলকই।]

অরবিন্দ : (ফোন্দা) হল্লো। হোয়, পাইজরিবসি ঐ ইশাম্মকনি ... নমস্কার। হোয়, খল্লিবনি। ডিসিজন, হোয় য়াম্না ফজনা খঞ্জরে। নো সার, মাই ডিসিজন, ইজ ফাইনেল। কেনবী চেনজ। ... হয়েং ঐনা রাজকুমারবু রেষ্টিকেট তৌগনি ... হোয় মসি ঐগী অরোইবা বারেপ্নি ... হোয়, করি হায়বা? রিপোর্টসিবু অনুরাধাগী মমাঙমক্তদা শেগাইয়ু হায়বা ... অদুবু অদোমবু অনুরাধাসিদা লৈরি হায়বসি খঙবিরব্রা? করি হায়বা মহাক্কী মপাবুঙসু অদুদা ফল্লি হায়বা? ... মদু নত্তে, ঐ একশন শোয়দনা লৌগনি। হোয় ... হোয়, করি হায়বা? অদোম্মা পুলিসতা ফোন তৌরনি হায়বা? লুপা লিশিং তরামঙা চেন্নবগী। অদুদি অদোম্না .. অদুদবু অদোম্না পুলিসতা ইনফোম তৌদৌরিবা? নত্তে সার, নত্তে সার, অদোম্না হায়বদুমক তৌজরগে। সার, য়েস সার, য়েস সার, য়েস, সার, ...

[ অরবিন্দ ফোন থম্মী। পাখৎপদগী মরাইবক্তা হমাং মরিক মরিক কারকই।]

লীলা : (মহাক্কী মতৌদু উকবগা) প্রসিডেন্ট সাহেবনা করি হায়রক্লবগে? নঙনা অদুক য়াম্না পাখৎলিবদুবু?

অরবিন্দ : (মহাক্কী অকিবদু লোৎশিন্নগা) থোয়দোকপা অকবা বা নত্তে কোলেজগী ক্লাকনা লুপা লিশিং তরামঙা শিজিন্নফম খঙদনা মাঙহনখ্রে। মবমদুনা পুলিসনচিংবা . .

অনুরাধা : অদোমদি পাখৎ পীরি সার, অসিগুম্বা শেনজা-থুমজাসিবু তৌবিরব্রা?

অরবিন্দ : মসিদি কোলেজগী বানিদা। অনুরাধা, নখোয়গী পাবুঙনদি রিপোর্ট তৌবসি শুকপাম পামদে।

অনুরাধা : হৌজিক্তি পাবুঙগী অপাম পামদগী মখা পোন্দ্রে। অদোম্না হাবিনীংলিবসি করিনো?

অরবিন্দ : ঐ? ঐনা খল্লি মদুদি নখোয়গী পাবুঙনা হায়রিবসিনা অচুম্বনি। নখোয় পাবুঙসি য়াম্না লৈবাক মচা তাবা মীনি। নহাক্কী অফা-ফত্তা পুন্নমক খল্লিবনি অদুগা নঙনদি মদুদি নত্তদনা।

অনুরাধা : ফোন লাক্লিঙৈগী মমাঙদদি অদোম্না ..

লীলী : অনুরাধা, ঐসু খল্লিবনি বাসি য়াম্না চাওথোকপা ফররোইদ্রা হায়না?

অনুরাধা : সার, ঐনা অরোইবা ওইনা হংজরিবসিনি অদোম হয়েং একশন লৌবিগদ্রা-লৌবিরোইদ্রা? ঐগী মায়গেদা ঙাংবিগদ্রা-ঙাংবিরোইদ্রা?

অরবিন্দ : খরা খল্লো ফিল্লখিনু। য়াম্না জ্ঞান তানা থবক তৌ। বেষ্টিকেট তৌরবা মতুংদসু রাজকুমারনা খুদোংচাবা লৌরকপা য়াই। মহাকপু থাজনিংঙাই ওইব্রা? ঙাকপীবদগী মহাক্কী বাখল হোংখিবসু য়াই। মহাকপুসু চুমখোকসি।

অনুরধা : অদোম্না বাফমসিবু অমুক লুহল্লিবা করিগীনো? শেংনা-শেংনা হায়বিয়ু অদোম ঐগীদমক লেপ্পীগদ্রা-লেপ্পীবোইদ্রা?

অরবিন্দ : নখোয়গী পাবুঙগী বাখল্লোনসি য়েংলুরগা নহাক্কী মায়গেদা লেপ্পা ঙম্লোইদৌরি।

অনুরাধা : নহাক্কী ফমদুনা মরু ওইবনা ঐগী মায়গেদা লেপ্পা ঙম্মরোই হায়না কবিগী শেংনা হায়দ্রিবনো।

অববিন্দ : অনুরাধা

অনুরাধা : চন্দুনা হায়খিবদুমক চুম্লে, সার।

অরবিন্দ : কবি হায়খিবগে?

অনুবাধা : মহাক্না অদোমবু বাজাও ঙাংবা পাণ্ডবা অয়ম্বা অমনি হায়না হায়। অদোম্না তশেংনা ঐবু করিসু লৈতনা খনবিরে। ঐগী নীংজবা পুম্বা কায়রে। হৌজিক্তি অদোম চিন্তা তৌবিবগী দরকাব ওইদ্রে। তশেংনমক হয়েং কনাগুম্বা অমতনা বাহং হংলক্রবোই। (তপ্পা-তপ্পা থোকখি।)

[ ফম্না কুইনা পুমচিক চিকখরে। অরবিন্দা মকোক্তা মখুৎ হাপ্তুনা ফমথে। ]

লীলা : (য়াম্না পাখৎপগী খোঞ্জেলদা) নঙবু করি তৌরবগে?

অরবিন্দ : (কংনোক নোক্তুনা) আত্মাজ্ঞাণ-আত্মাজ্ঞান। পুক্নীংগী বা খঙনবগীদমক।

লীলা : শেংনো হায়দ্রিবা করিগীনো?

অরবিন্দ : হায়রিদনা, আত্মাজ্ঞান তৌরিবনি হায়দনা। ইশানা ইশাবু তোঙনবগী আত্মাজ্ঞান। হৈবোং মনুংগী তিল ওন্নবা আত্মাজ্ঞান প্রসিডেন্টগী ফোন্দুনা ঐ ইশানা ইশাবু মশক খঙজরে। ঐ ইশানা ইশাবু কয়ারক হন্না লাংদুদা থুঙিনজরবনি ... অতোপ্পগী

মরান কুপশিনবা হোৎনবদা ইশাসে কয়ারক হন্না য়োম্লোকচরবনি ... ঐবু তুকৎচৌ ... ঐবু তুকৎচৌ ...

লীলা : হৌজিক অদোম্না তৌরিসিবু করিনো?

অরবিন্দ : ঐবু করি ওইবা য়াই? ঐগী ইউনসে কংগ্রেমগুম্না মফোন থোক্লে। কিন্থরবা ঐগী হকচাংসি মন্নবা য়ুমগী মতৌগুম তুথরক্কদৌরে হায়বসে ঐ খঙই। অদুবু ঐনা মিং উইশন্দুনা চাখোম চাওনা নমদুনা লৈথোক্লে। মথোং হক্তবদুনা করি হায়বগে হায়বদু তাবা ঙমগদ্রা? মি অরবিন্দ নঙনা লুপা লিশিং তরামগা মাঙহনখিবগী নরাল লৈরে।

লীলা : শেনদুবু শোক্লুরব্রা?

অরবিন্দ : হোয়নে গ্রান্ট ফংবগী পৈসাশিংদু মাংহনবগী। হয়েং ফাওবা পুন্নমক্তু এজেসমেন্ট তৌনগদবনি, অন্দরস্টেনডিংগী বানি। মহাক্কী মায়গৈদা লৈরুবনা শেন চাবা ওইরে।

লীলা : করম্বা অন্দবস্টেনডিংনো? করম্না এজসমেন্ট তৌনগদৌরিবনো? অদুগা ..

অরবিন্দ : হায়রিবা মীফম্তা অসিনা দুকানগুম্না লাইরিক তমফম শঙ কুন হাংলি। লোয়ননা মফমশিংদুদা ললোন ইতিক তৌরি। লাইবিক তম্ফম শঙশিংদুগী লুপা লাখ কয়া থাদরকই, অদুবু মহাক্না লৌথোক-লৌশিন তৌদুনা স্কুলশিংদুদা থাদাবকই। হায়রিবা শেনফমশিংদুনা লুপা লিশিং কয়া তান্নবা মতুংদা কোলেজদা হঞ্জিল্লকই। অসিগুম্বা থবকসি চহী কয়াদগী তৌদুনা লাক্লি। কবি তৌবা ঙমলুগনি।

লীলা : অদুদি নঙসু ...

অববিন্দ : হোয়, ঐসু। নলাদা তাশিল্লবা মতুংদা নমথিবা অদুদগী কনবা ঙমব্রা? হৌখিবা হাপ্তাদা ফণীচরগী মিংদা লাকপা গ্রান্টগী লুপা লিশিং তরামঙাদু মহাক্না কোলেজদগী লৌথোক্লেদনা। ঐনা মায়োক্তা লেপলুবগী শেন চাবগী মরান ... মীনম্বা .... লৌনম ... নমথাক ...

লীলা : অদুক য়াম্না তোম্বা মতৌ?

অরবিন্দ : করিদি তৌরুনি, লীলা? মহাক্না ঐগী চীন লৈসি ফাজিনখ্রে। ঐনা পুলিসকী কস্তদিদা লৈরবা মতুংদা লাওখোংদুনা হায়জরবসু

নুপা মচাসিনা ইজৎ মাঙহনবিগে তৌরম্ববনি হায়বদা, কনানা থাজবিগনি, ঐগী বাদুদা?

লীলা : নুপী মচাদু হৌজিক করি ওইরমগনি?

অরবিন্দ : হৌজিক করি তৌগনি? কোর্টনসু মীনম্বীরবা মতমদুদা মহাক্না করি তৌবা ঙমগনি?

[ টেলিফোন খিংলকই। অরবিন্দনা পায়খৎলি। ]

অরবিন্দ : হল্লো .. করি হায়বা, একসিডেন্ট? করম্বা একসিডেন্ট? ... করি হায়বা? ঐখোয়গী কোলেজগী নুপী মচা অমা ট্রকনা থোমলে হায়বা ... মহাক্কুগী মমিং খঙব্রা? করি হায়বা, অনুরাধা? (ফোনদু মখুত্তগী তাথিরম্মী।)

লীলা : অনুরাধানি হায়বা?

অরবিন্দ : হোয়, শিগ্রে। ঐগী পাঙদবা অসিনা মহাকপু হাৎপনি লীলা মহাকী থৌনাদু মহৈ-য়ানখিদ্রে। কনামতনা তাবিখিদ্রে মহাকী বাকত্তু। মহাক্না চৎনা-চৎনা ঐবু য়াম্না চৈরমগনি।

[ অরবিন্দ যাম্না থুনা মপানদা থোকখি। লীলানা ইকায় নুংশি যাননা লেপহৌই। তপ্না তপ্না মমশিল্লকই। মঙালদু ষ্টেজগী মযাইদা অমুক ঙাম্থোকলকই। অরবিন্দ য়াম্না পাখৎলি। সোফা মমাঙদা থারিবা অপিকপা টেবলদুদা করিগুম্বা থবা ইদুনা লৈ। মায়গৈ মরিমক পুমচিক চিকই। অর্থ চেন্নবা ঈশেগী খোঞ্জেল অমা তারকই। বিমলেন্দুগী শত্তম অমা থোক্লকই।]

বিমলেন্দু : ফম থাদোকপগী চেরা ইরিবদুবো?

অরবিন্দ : (য়াম্না ঙক্না) নঙ অমুক লাক্লে?

বিমলেন্দু : ঐ কদাই চৎলুগনি? ফম থাদোক চেদু করিগী ইরিবন্নো?

অরবিন্দ : নঙগী নথৌ কবি লৈ?

বিমলেন্দু : ঐগী বাহংসিগী পাউখুম পীয়ু।

অববিন্দ : খঙনা-খঙনা করিগী হংলিবনো? পুক্নীং লৈতাফম খঙদ্রবা কান্নিদা থবক তৌবা চুম্লিব্রা?

বিমলেন্দু : অদুগা অমুক করি তৌগনি?

অরবিন্দ : হৌজিক করিমতা খনদ্রি।

বিমলেন্দু : থবকসি নত্তবা অতোম্বা করি থবক তৌবা ঙমখিগনি? নঙ করম্বা মতমদা অনৌবা থবক তৌনবগীদমক্তা অরিবা থবক

থাদোকপা য়াওগ্রবগে? শেগায়রগা লংশেকখো নঙগী থবক থাদোক চেদু।

অরবিন্দ : নঙমক্লসু অদুম্না হেক হায়রবা?

বিমলেন্দু : হায়রে, ঐনা হায়রিবসিনি। ঐসু নঙগুম্না তৌরম্লবদি শোয়দনা থাদোক চেদু ইরমগনি। অদুগা ভাইহাক্কী মতুংদা শেগাইদুনা লংশেকখিগনি।

অরবিন্দ : মন্নাল লৈজগ্রবী নুপী মচা অমা শিখিবদুগী দাইত্ব ঐগী ইকোক্তা তারবা যাওবদা?

বিমলেন্দু : হোয়নে। করিগীনো হায়ববু নুপীমচাসি মতোমতা শিজখিবগী দাইত্ব পুম্বা নঙ খক্তা নত্তে।

অরবিন্দ : অদুদি কনা-কনানো?

বিমলেন্দু : মী অহমনি- প্রসিডেন্ট, নুপীমচাদুগী মপা অদুগা নঙ।

অরবিন্দ : চৈনাদুদি ঐনা পীখিবনি।

বিমলেন্দ : মদুদা কৈদৌরবা? প্রসিডেন্টনা করিগুম্বা পুলিসকী কিহনবদু তৌরমগ্রবদি নঙগী বাখল্লোন্দু হোংলমখিগ্রা? খঙলব্রা অনুরাধাগী মপানা নঙগী শিংনবদুবু লুপা লিশিং মঙাদা য়োম্ভোকখি। নুপী মচাদুবু অথেংবা অহিংদা অতোপ্পা খুঙ্গং অমদা থানবা শেম শাদুনা লৈগ্রবনি। মসি পুন্নমক্কী খৌরাংসি হায়নদা প্রসিডেন্টনা শেম শাদুনা থমগ্রবনি। নঙনা কান্নদবদা পুন্নমকসিগী নকোঙ্গু শাননবা পঙখলদা খন্দুনা লৈরে।

অরবিন্দ : অদুবু ঐগী আম্মানদি .

বিমলেন্দু : আম্মা? (নোক্রদুনা) আম্মা হায়বসি করম্বা পোৎনো! শুপ্নগী ইশাসিদমক অশেংবনি। আম্মা হায়বসি অরেম্বা বানি কানদে। খঙলব্রা ঐগী মথোৎ কারক্লিবি মপুরোইবনা হুনদোকপিরম্লবি নুপী ...

অরবিন্দ : মহাকপু করি তৌরবগে?

বিমলেন্দু : খঙনা-খঙনা হংলিবরো? করিসু তৌদে। অশিকপা থবক অমা তৌরগা মবুক থাকচনবা হোৎনরি। অঙাংদুবু য়োকচ-থাকচরি। করি করিগুম্বদা ঐবু নীংশিংদুনা কপ্পি।

অরবিন্দ : অদুদা করি তৌরবা?

বিমলেন্দু : মখোয়না মহাকপু কয়া য়াম্না লৈতানা লৈহনগ্রবগে? মহাক্কী

অনৌবা ওফিসার অমা অমুক লাক্লে। মহাক চহী হুম্ফু শুরে। মহাক্না ঐগী নুপীবু চাওখৎতবা মীৎয়েংদা য়েংলি। প্রমোসন পীগনি হায়জিন্দুনা মজোনলোমদা চিঙশিনবা হোৎনরি। হৌজিক হায়ু কদাইদনো আম্বা? হকচাং, শুপগী হকচাংতনি।

অরবিন্দ : করিনো হায়নিঙলিবসে?

বিমলেন্দু : শেগায়রগা লঙশেকখো থাদোক চেদু। চিঙলেম্না থবক্তু তৌ। হৌজিক ফাওবদি নঙ শেনজা-থুমজা তৌদেদনা। হৌজিক্তি তৌরো। প্রসিডেন্টগা য়াশিঙ্গৌ কাম্নদে।

অরবিন্দ : অদুগুম্বা মীফম্ভদুগা?

বিমলেন্দু : মহাকপু চৈবীগনু। মহাকসে নঙগীদমক্তি অচৌবা মীনিনে। খঙলব্রা ঙসি নোংমা নিনিসিগী মনুংদা মন্ত্রী ওইগদৌরিবনি। এজুকেশন দিপার্টমেন্টসু পায়রবা য়ানা লৈরি।

অরবিন্দ : অদুদা কৈদৌরবা?

বিমলেন্দু : নহাক্কীদমক্তা করিমতা তৌবিরক্রোই খল্লিব্রো? করিগুম্বা খরদি শোইদনা তৌবিরক্কনি। য়েংঙুনে করিগুম্বা খুদোংচাবা খরদি শোইদনা পীরক্কনি। হৌগৎলো, শেগাইয়ু নঙগী থাদোকপগী চেদু। শিনকুপ শানা শেগাইয়ু ..

অরবিন্দ : মদু অবানবনি। নুপীমচাদু ঐনা মাঙহনখিবনি। ঐনা মরম ওইদুনা মহাক আত্মাহত্যা তৌখিবনি। পাপ অসিগীদমক ঐবু প্রায়শ্চি তৌহল্লু।

বিমলেন্দু : প্রায়শ্চি তৌগে হায়রবদি নঙসু আত্মাহত্যা তৌ। অদুবু মদুগীদি মথৌ তাদে। নুপীবু হত্থনা য়েংবা হায়বসি অনৌবা বা নত্তে। মসিদি থোক্নুনতা লৈবা বানি। ঐহাক্কী দ্রোণাচার্য্যনা কৌরবশিংগী মনাই ওইবদুদগী নাম্থোক্নুনা চেনখিব্রা? মহাক্না থাংশাং হায়গৎখিব্রো? ঐগী নাটক্তু করিগী নীংশিংদ্রিবনো? চঙখোলনা, মতৌ লৈয়বি দ্রোপতীবু ইকায়বা পীখি। মতমদুদা দ্রোণাচার্য্য লৈখিবনি। মহাক করিগীদমক তুমিল্লা লৈরিবনো? হায়ুনে। করিগী তুমিল্লা লৈরিবনো হায়বা? কাওগনু ঐগী নাটক্তু নীংশিংঙু ...

[খজিক-খজিক ঙাল্লমবদু মমশিনলকই। অন্না তেংথাখোনগী ঈশে। ফম্পাক থক্তা মীৎকুপ খরগীতুংদা ঙালথোক্লকই।

অশ্বথামা অপীকপা চৌকী অমদা ফম্মী। নীংবা কাইনা। কৃপী চঙলকই। ইমুংগী বায় শিথচিন্নী। অশ্বথামানা বাখল খনবদু উরম্মী। মহাক য়াম্না নুংশুক নুংজাননা ফম্নি।]

কৃপী ঃ করি খল্লিবনো?

অশ্বথামা ঃ কন্নিসু খন্দে।

কৃপী ঃ কন্নিগী অদুক য়াম্না খল্লিবনো? চহী মতাংদুদা নঙবু মীশিংনা বাখল লৈবা মীশক্তি হায়নরিবনি।

অশ্বথামা ঃ ইমা পাবুঙ লেগুক্লক্রিব্রা?

কৃপী ঃ য়ৌরকপা য়ারেনা।

অশ্বথামা ঃ ঙসি অয়ুক পাণ্ডবশিংনা কোনুং থাদোক্লুনা বনদা চৎখ্রে হায়বসি খঙবিরব্রা?

কৃপী ঃ উং খঙি।

অশ্বথামা ঃ খঙবি তাবিরবা ফাওবদা ইমানা অদুক ইঙথনা লৈবিরম্লিবা করিগীনো?

কৃপী ঃ অদু ওইরগা লাওখোংখো হায়ব্রা?

অশ্বথামা ঃ নুংঙাইত্রিবসু অদুগীনি, কনামতনা কল্লী লাওবিদে। পুন্নমক তুমিন্না য়েংদুনা লৈ।

কৃপী ঃ অদু ওইরগা নঙ হেক লাও খোংলোদনা। (চৎপা হৌরকই।)

অশ্বথামা ঃ হৌজিক করম্না কপ্পুগনি? লাওখোঙগদবা মীদুনা তুমিন্না লৈথোকপীরগা। কিগনবা অয়ম্বা অমগী মতৌগুম ঐগী পাবুঙ ফাওবা তুমিন্না য়েংদুনা লৈ।

কৃপী ঃ মীয়ামশিংদুসু তুমিন্না লৈখিদনা?

অশ্বথমা ঃ মীয়ামগী বাদি খঙদে। অদুবু পাবুঙনা করিগী তুমিন্না লৈরিবনো? ঐনা খল্লম্মী, মহাক্কী খোল্লাও অমুক্তা রাজ সভাদা ফম্লিবা মীয়াম পুম্বা থক্-থক্ নিক্কনি। দুর্যোধনগী শাগৎলম্বা ঈদুসু উনমুক ঈংথখিগনি।

কৃপী ঃ অদুগা নঙদি করিগী তুমিন্না লৈরিবনো? নঙসু লাওবদি য়াইদনা। দুর্যোধনগী মনাও ময়ামদুনা ফুরক্কনি! অদুবু নঙদি করিগী তুমিন্না ফমদুনা লৈরিবনো?

অশ্বথামা ঃ মদুনি ঐনা খল্লিবসি। ঐবু য়োকপী থাকপীরকপদা করি অশোয়বা য়াওখ্রবগে, ঐগী ঈ শাগৎলক্লিবা করিগীনো?

ঐগী লৈসি করিগী কাজিনগ্রিবনো? হায়বিয়ু, ইমা অসুম্বা করিগী ওইরক্লিবনো? ঐবু য়োকপী থাকপীরকপদা করি অশোয়বা য়াওগ্রবগে?

কৃপী : অদুগুম্বা বাহংদু ঐগোন্দা করিগী হংলিবনো?

অশ্বত্থামা : অদুদি কনাদা হংগুগে? ঐবু কনানা য়োকপীরকপগে? ইমা পাবুঙনা য়োকপী থাকপিরক্রবা? অদুগা করিগী অসুম্বা ওইরক্লিবনো?

কৃপী : নখোয় পাবুঙদা হংগু।

অশ্বত্থামা : ইমানা কবিগী পাউখুম পিদ্রিবনো? চাকখুম থোক্লুনা কি অমা খক্তা শেংলিবি দ্রৌপতিবু দববারগী মীয়াম মমাঙদা কি মুনবিখিবা। মতমদুদা ঐ তুমিন্না ফমদুনা লৈবম্মী। খম্মোয় শোকপা খোঞ্জেলদা অতিয়া নিক্লা কনবিনবা লাওজখি নুপাশিংদুদা ওনশিন্দুনা। তুমিন্না য়েংদুনা লৈখি ময়ামদো? হায়বিয়ু, মসি কবিগীনো?

কৃপী : হায়বেদনা, নখোয় পাবুঙদা হংগু হায়দনা।

অশ্বত্থামা : মসিনা তাকপদি খঙনা-খঙনা ঐগী বাহংগী পাউখুম পীনিংদে। ইমা নঙনা কবিগীনো অস্তাং ওইরিঙেদগী মীগা মায়োক্লনবা পাবদু তম্বীবক্লিবা? মীয়োৎ-মীনে উনা-উনা তুহৎপিরিবা মখোয়দুগী মঙকশমদু থুদেক্সবা পাবাদু করিগী তম্বীবক্রিবনো?

কৃপী : ঐ খঙদে।

অশ্বত্থামা : কবিগী খঙগ্রিবনো? বনদা চৎগ্রিঙেগী মমাঙদা ঐগী পাবুঙবু উন্নবা পাণ্ডবশিংনো লাক্লিবা করিগীনো? অমা-অমাবু ওইরবসু, মহাকী চান্না থোইববা সেবক অর্জুননা ফাওবা লাকগ্রিবা। করিগীনো, মসিবু করিগীনো?

কৃপী : ঐনা করি হায়বা ঙমগনি? লাকপা-লাক্তবা হায়বদুদি মাগী অপাম্বনি করিনো।

অশ্বত্থামা : নত্তে বাসে য়াম্না লাইবা নত্তে, ইমা। ভরাংগী থৌদোক্লুগী মতুংদা মখোয়না পাবুঙবু হাজোয় তুকৎচবমগনি। পাবুঙসে মখোয়গীদমক ইকায় খুম্নিংঙাই ওইদ্রে। (দ্রোণাচার্য্য চঙলকপা) পাবুঙ বন চৎগ্রিঙেগী মমাঙদা পাভোপশিংনো পাবুঙবু উন্নবা লাক্লিবা করিগীনো?

দ্রোণাচার্য্য : করিগীনো লাক্লিবসিবো?

অশ্বত্থামা : মখোয়সিবু পাবুঙগী সেবক নত্রা?

দ্রোণাচার্য্য : অদুবু ঐদি মখোয়গী গুরু কদাইদা ওইরিবগে?

অশ্বত্থামা : সংসারসিদদি পাবুঙসু অকাওবা গুরু অমনি হায়না লৌনে।

দ্রোণাচার্য্য : সংসারগী বাবু মাহুনবা হেক্তা মায়নে?

অশ্বত্থামা : পাবুঙ, ঙরাং রাজদরবারদা করিগী তুমিন্না লৈরিবনো? ঙরাংগী বাহংসিনা ঐবু খোয়রাং খোয়শাঙনহনখিবনি। হায়বীবু পাবুঙ তুমিন্না লৈখিবা করিগীনো?

দ্রোণাচার্য্য : বাহংদুগী পাউখুম পীবা হৌজিকমক দরকার ওইরা?

অশ্বত্থামা : হোয় পাবুঙ, দ্রৌপদীনা লাওখোঙজবদু কনামতনা তাবিখিদে, মতমদুদা মহাক্না পাবুঙগী নমাঙদা লেপখিবনি। নীংশিংলিব্রা, মহাক্না করি হায়রিখিবগে হায়বদু? মহাক্না হায়খি -- আচার্য্য, অদোম পাণ্ডবশিংগা লোকমীরবসু নত্তে অদুগা কৌরবশিংগসু। অদোমদি অনীমক্কী গুরুনি। দুর্য্যোধনসে অদোমা হায়বা ইক্নোইদ্রা? অদোমদি মীচং মীখায় নাইদবনি। অদোমগী সেবকশিংগী নুপীশিংবু রাম্না হন্জোয়বা ফিভমদা ইকায়বা পীবা উবগা অদোমা য়েংবা ঙমগদ্রা? থাজংগীবু অদোমগী লিরুং তেন, (ওইহাক লৈরগা) অদুবু পাবুঙনি তুমিন্না কমদুনা লৈবিখি। করিগীনো?

দ্রোণাচার্য্য : বাহংদুগী পাউখুমদি নমাদা হংঙু।

অশ্বত্থামা : ঐনা ইমাদা অদুমক হংখি অদুবু ইমানসু পাবুঙদা হংঙু হায়— অদুগা হৌজিক্কা পাবুঙনসু ইমাদা অমুক হনসিনবিরে।

দ্রোণাচার্য্য : পুন্নমকসিগী দাইত্বদি নমানি নমাদা হায়া হংবনা চুমগনি।

কুন্তী : নঙগী তুমিন্না লৈবদুগী দাইত্ব ঐনা লৌগদ্রা? নঙনা ঐঙোন্দা ইরান থঙজিন্নিবসিবু নঙবু করিমতা ইকাইদন্না।

দ্রোণাচার্য্য : খরা মামুৎতানা খন্নুনে। হৌখিবা থৌদোকশিংদু নীংশিংঙু।

কুন্তী : নঙগী নুপা থোক্তবা নত্তৌদু ঐঙোন্দা ইনশিন্নিবদুবু ইকায়বা মচেৎ অমতা পোক্তরা? ঐনা হংলিবসিনি নঙগী ওজা। অমা ওইবগী নঙনদু কদাইদা মাঙব্রবগে? গুরুগী একলব্যগী খুবী ককপা অদুগা কর্নবু অতোনবা মচা হায়দনা তুকচনা য়েংবিবা মীথয়েংদুরা? নঙনা নঙগী সেবক সখাশিংদু করিগী

খামহৌদ্রিবনো? মখোয়দা নঙগী হক অমতা লৈত্রবব্রা?

দ্রোণাচার্য্য : অঙাও-অফেগী মরৈদু নত্তে, কৃপী! নহাক নশানা খন্নজৌনে।

কৃপী : করি খন্নৌ হায়রিবনো? নঙনা নহাক্কী য়েক্লবা দ্রুপদকী মচানুপীবু ইকাইবা পীবা উরগা কন্নক পেনখি হায়না তশেংনা করিগী হায়দ্রিবনো।

দ্রোণাচার্য্য : মতমদুদা কৃপাচার্য্য, বিদুর অদুগা ভীষ্মসু তুমিন্না লৈরিবনি। মখোয়দি করিগী তুমিন্না য়েংদুনা লৈখিবনো? মসিগী মরমদি নহাক করিগী খন্নদ্রিবনো?

কৃপী : মখোয়দি ওজাসু নত্তে। গুরুসু নত্তে। তুমিন্না লৈবদুনা ওজাশিংগী মিংচৎপু কালী তৌশিনবনি। লাকদৌরিবা ইতিহাসনা নঙবু থীনা ঙাংনহৌরগনি।

অশ্বত্থামা : ইমা!

কৃপী : তুমিন্ন লৈয়ু! নঙ করিগী ঙাংদ্রিবনো? দুর্যোধনগী মনাও নুপা বিকর্ননা চোঙথোক্লগা মায়োক্লবা ঙমখি অদুগা নঙনা তুমিন্না করিগী লৈরিবনো? নঙবু বাখল লৈবা, ব্রাহ্মজ্ঞান খঙবনি হায়বদু তৌশিন্নবা তাথনি। দ্রৌপদীগী মফি থোংদ্রবা হুরুচাংদু য়েংনিঙবগী অপাম্বদু নত্তোন্দসু লৈতে করমনা হায়গদৌরিবনো?

দ্রোণাচার্য্য : কৃপী।

কৃপী : লাউগনু। হাকমল্লে, কৌরব পুম্বনা নখোয় অনীদা লান্দারক্লবা, নখোয়বু হাৎকদৌরবা, হায়রিবা ফিভমদু ওইরল্লবা ঙসি ঐনা বারিবা অসুন্না বারম্লোই।

দ্রোণাচার্য্য : কৃপী, নঙনা বাফমসিমক চহী কুনগী মমাঙদা হায়খিদ্রিবা করিগীনো?

কৃপী : মদুদা কৈদৌগ্রবগে?

দ্রোণাচার্য্য : ঙসিগুম্না হায়রম্লবদি, থৌদোকসিমক থোক্লমলোই।

কৃপী : চহী কুনগী মমাঙদগী ঐনা করি তৌগ্রবা?

দ্রোণাচার্য্য : নীংশিংঙুনে কৃপী। মতমদু অশ্বত্থামা পীক্রি, নঙনা দ্রুপদগী মফমদা করিগুম্বা খরা নিরম্নবা চহন্নখি, চাকনি ফিনিবা অমগুম।

কৃপী : মতমদুদসু নঙদি পাণ্ডববা অমা ওইখি। য়ুমদদি চেঙ খুয়া অমা ফাওবা লৈবা নত্তে। দ্রুপদগী মফমদা থাদ্রবদি করি তৌরুনি?

দ্রোণাচার্য্য : নঙনা ঐবু মীৎকুপ অমত্তা পোথাহনখিদে। অহিং-নুংথিল নাইদনা ঐবু পাণ্ডবনি হায়রখি। অদুগা নঙনা লিরুং-তেনগী হৈশিংববুদি নোংমত্তা থাগৎখিদে।

অশ্বত্থামা : মসি অচুম্বা, ইমা?

কৃপী : নুমিৎ অদু নঙ করিগী নীংশিংগ্রিবনো? ঐনা অশ্বত্থামাবু শঙ্গোমগী মহৎতা আটা থিৎলগা পীথকখিবদো?

দ্রোণাচার্য্য : নুমিৎ অদু অরাম খৌরাংবনা ঐগী সিদধাণ্ডদগী হেন্না মরু ওইখি। লমন খুমনিংবনা ঐগী বাখল থুমহৎখি। নুমিৎদুসু নঙনা ঐবু হেন্না শাওহনখি। হায়রিবা নুমিৎদুমক্তদসু নঙনা ঐবু নিংথৌগী মরন মথুমদুগী মীনাই ওইনবা ইনশিনখিবনি। নঙনা অশ্বত্থামাগীদমক্তা শঙ্গোম পামখিদনা। নশাগী ফিরোন, লৈবাক নিংথৌগী ব্যবহার পামখি। মতমদুদা নংনা করিগীদমক থিংখিদে? ঐগী অশোনবা পুক্নীংবু নঙনা করিগী থৌনা হাপখিদে? ঐবু ওইজ-ওইথক ফঙনবা করিগী ইশিনখিবনো? হায়ুনে, ঐবু নিংথৌগী মরন মথুমদুগী মীনাই ওইরুনবা করিগী ইনশিনখিবনো?

অশ্বত্থামা : ইমা, নুমিৎ অদুদা অথিৎপা আটাগী শঙ্গোমদুগী মহুত্তা হ ওইনা পীথক্রিবা করিগীনো? ইমা নঙনা অদুগুম্বা মচাদু কবিগী ওইহনখিবনো? পাবুঙবু মুনি ঋশিশিংগী চৎনবিদগী চিঙথোক্তুনা নিংথৌমচা মাগুগী মীনাই ওইহল্লিবা করিগীনো?

দ্রোণাচার্য্য : লৈবাক নিংথৌগী মরন মথুম চারুবনা ঐগী থৌনা লিঙজেল পুম্বা য়োম্থোকখ্রে। ঐগী অচুম অরানগী জ্ঞানদুসু মখোয়না লৈগ্রবনি। একলব্যগী খুবীসু ককপা তাখি, থোইদোক্লা হৈশিং-লবা কর্নগুম্বা সেবক অমবু মহাক্কী শাগে জাৎ হৎলগা ইকাইবা পীবগা তাম্থোকপা তাখি। মীচঙ মিখাই নাইবা অতোনবা জাৎকী মিৎয়েংদুনা ঐগী অচুম্বা মীৎয়েং ওইখিবনি। অশ্বত্থামা মসিমক্লা ঐবু কৈদৌঙেদা অফবা অচুম্বা মীশক অমা ওইহনবা ঙমখিদবনি। অদুগা ঐবু অচুম্বা অফবা মী অমগা চাঙদম্নরিবা করিগীনো?

কৃপী : অদুবু নঙনা নিংথৌগী মখা পোনবদুদগী করিগী লৈথোরুবা হোৎনগ্রিবনো?

দ্রোণাচার্য্য : মদু ওইখিদ্রে। অসিতম্বা নিংথোলসিনা ঐবুনি ফাকপেনবিরি। মীনবসিং লোকচয়তে। খুদোংচাবা মায়মসিনা কাউদিন পুক্নিংদুম থমদ্রে। ঐগী বাকচনুংসিনা হায়রিবা মীশক অদুবু লমন খুম্বনিংবনা লাংতকনহল্লি, হায়রিবা নাপল অসিনা খ্বাল্লগী অচুবনি হায়না খনখি। দ্রুপদবু লমন খুমবগীদমক ঐনা ঐগী সেবকশিংদা লানগীদমক থৌনা হপখিবনি। মথোয়বু ইশাগী ওইজবগীদমক খনখি, কৃপী! ঐ মতম খুবলা খল্লোয় পীকপা মীওই হায়বদু ওইরে।

অশ্বত্থমা : পাবুঙ হৌজিক কাওবা অসিতম্বা নিংথৌগী মথা লোনবসিবু করিগী থাদোকপিদ্রিবনো? অচুম্বা অশেংবা, মথোয়দা করিগী তোংদ্রিবনো?

দ্রোণাচার্য্য : ইবুংঙো, হৌজিক্তি মদু ওইথোকপা য়াররোই। মতমদু য়াম্না থেংথদ্রে। হৌজিক্তি ঐ মথোয়গীদমক লেম্না অবনি মথোয়না ঐজোন্দা চিঙ্গাক পী, শেংনবা কিরোল পী। কিতমসিদা হৌজিকপু ওয়োক-ওনশিন তৌবা ওইথোক্তবনি।

অশ্বত্থমা : দ্রৌপতীবু ইকায়বা পীখিবদুগী ফল করি ওইগনি, পাবুঙ?

দ্রোণাচার্য্য : লান তৌবা, মাঙহন তাকহনবা। ঐনা তম্বীখিবা বিদ্যা শিংশিং কয়াদুগী কথোকপা অবনি, করিগীনো হায়রবু ঐনা ওপগী খুৎলাই কায়দমক তম্বীখি। মদুগী মমাঙদা মীওইবা অমনা মীওইবা অমবু শেম্বীবীগদবনি হায়রবদু ঐনা করিমতা তম্বীখিদে। অশ্বত্থামা ঐনা তুংদা থোকলকদবা অমাঙ অতাশিংদু উরে। ঐনা মায়গে খুদিংদা থোক্লিবা লানগী মীরাওথোলদু তারে। ঐনা ঐগী সেবকশিংগী থবায় য়াওদ্রবা হক্চাংশিংদু উরে। ঐনা ইশাগী ইকাইবদু লমন খুমবগীদমক ঐগী কত্রবা বাথলসিনা ঐবুসু য়োংথিল্লক্রে?

[ তম্না-তম্না মমখি। জেলগী অমমবা কাগী মরি। স্পোট অদু অরবিন্দদা তাই। মকোয় য়াম্না চেপ্নে। ককনবা হক্চাং। তম্না-তম্না বিমলেন্দুগী শাওং শাদাদু থোক্লকই।]

বিমলেন্দু : করি থল্লিবনো?

অরবিন্দ : করিসু খনদে।

বিমলেন্দু : করিগী মীনম্বা ঙাংলিবনো! নঙনা হয়েং কোর্টতা করি

থোকলগদগে হায়না খল্লি?

অরবিন্দ : কল্লিগী খনগদৌরিবা? ঐদি মী হাৎপসু নত্তে।

বিমলেন্দু : নঙবু মীহাৎপনি হায়গ্রবো। অদুগুম্বা থৌনদুবু নঙোন্দা লৈব্রানে? মী হাৎপগী বাদি লাইবু-লাইরি, নঙ নশানা নশাবু শিজবসু নত্তিক নত্তে।

অরবিন্দ : ঐঙোন্দা শুপ্নগী সরকমটেনশিয়ল এবিডেন্ট কী মরম্বা কেশ অসি লেপ্লিবনি হায়বসি নঙ খঙঙি। মসিমসু নঙ খঙঙি, ঐনা চীংদুগী ক্লিফফতগী প্রসিডেন্টবু ইম্বুবা নত্তে।

বিমলেন্দু : মদু অচুম্বমকনি, নঙগী নরাল লৈতে। চুম্নদি হায়্য হৌখিবা নুমিৎ কয়ানিদগী প্রসিডেন্টবু নঙগী থম্মোয়দা অকিবা ফঙনা তুকথচবা লৈখি নত্রগা লৈখিদে?

অরবিন্দ : হোয়। অদুবু ঐনা ...

বিমলেন্দু : মরক থৎখিনু, ঐগী বাহংগী পাউখুম পীয়ু। নঙনা ফজবা মওংদা মপানথোংগী মতেং পাঙঙি। অদুবু মনুংদদি মহাক্কী মাঙনবা থৌরাং শিল্লি নত্রগা শিন্দে?

অরবিন্দ : অদুবু মদুদি শুপ্নগী বাখল খক্তনি।

বিমলেন্দু : অমুক মীনম্বা। মদু শুপ্নগী বাখলতা নত্তে। মদু থৌদোক্কুগী মরু হনখ্রবনি। হৌখিবা চহীদা ক্লিফতুদা চোঙথদুনা মী অমা অতোমতা শিজখ্রবনি, মফমদুদা নঙনা য়েংবা চৎখিদনা?

অরবিন্দ : হোয়, চৎখি।

বিমলেন্দু : মফমদু য়েংলগা নঙগী পুক্নীংদা করি ফত্তবা বাখলদু পোকখি? হায়্য !

অরবিন্দ : নীংশিংবা থোক্লে।

বিমলেন্দু : অমুকসু মীনম্বা! ঐঙোন্দা ওইদবা ভাংলগা লৈথোকপা ভমগদ্রা? প্রসিডেন্টবু ইম্বুরগা লোইশিনগে হায়বগী বাখলদু নঙগী পুক্নীংদা ফাওখিদব্রা?

অরবিন্দু : ফাওখি।

বিমলেন্দু : মদুগী মতুংদা প্রসিডেন্ট নারে। ব্লড প্রেসর ওইনা। মহাকপু ডাক্তরশিংনা অয়ুক অমদি নুংমিদাং বাইরম লাপ্না কোইথোক্তনবা পাউতাক পীখিব্রা?

অরবিন্দু : পীখি।

বিমলেন্দু ঃ অদুনা নঙ মহাক্কা লোয়ননা কোয়থোকপা চৎলম্মী মসি পুন্নমক অক্তে মীশিংনা তেংবাংলিবনি হায়না লৌই অদুবু নঙগী পুক্নীংদদি ফত্তবা বাখলদু খন্দুনতা লৈ। খনব্রা-খন্দব্রা?

অরবিন্দু ঃ হোয়, খল্লি।

বিমলেন্দু ঃ তপ্না তপ্না নঙনা মহাকপু নুমিদাং বাইরমগী মতমদা ক্রিফকী মায়গৈলোমদা পুরম্মী। প্রসিডেন্টনা নঙগী অপাম্বদুদা করিসু চিঙনবা লৈখিদে।

অরবিন্দ ঃ মদু ঐনা খঙন - খঙনা তৌখিবদি নত্তে ...

বিমলেন্দু ঃ অদু ওইরবসু নঙনা তৌবদি তৌগ্রেদনা। হায়রিবা নুমিদাং বাইরমদু চিঙচেপতুগী মখাগী লম্পাক্তা মেলা তৌবম্মী। ঢোল থিনবগী খোঙ্গেল তারম্মী। নঙনা প্রসিডেন্টবু চিঙচেপতুগী মতোন ফাওবা কৌখৎখিবনি, মফমদুগী মেলাগী কুম্মৈদু - উবা ফংনবা হায়দুনা। নঙনা হায়রম্মী-য়েংবিয়ু, প্রসিডেন্ট সাহেব মীয়ামশিংসি ককচেংগুম্না চৎলিবসে। অসুন্না হায়বু হায়ব্রা ?

অববিন্দ ঃ হোয়নে হাযখিনে অদুবু মতমদু ফাওবা মাবু হাৎপগী বাখল ঐগী পুক্নীংদা লৈখিদে।

বিমলেন্দু ঃ প্রসিডেন্টনা চিঙনবা অমতা য়াওদনা নঙগী মতেং লৌদুনা মাঙ থাদুনা কাখৎখি। নঙনা মহাক্কী লেংজুমদা পায়খি। হায়ু মতমদুদা পুক্নীংদা পাপকী বাখলদু খনখিদব্রা?

অরবিন্দ ঃ অদুম ওইনমক ঐনা মহাকপু - ইহ্থখিদে।

বিমলেন্দু ঃ নঙগী বাখলদা পাপীগী বাখলদু পোকখিব্রা-পোকখিদব্রা?

অববিন্দ ঃ হোয়, পোকখি।

বিমলেন্দু ঃ নোংদম্বনা নঙগী অনিংবদু থুংহনখি। প্রসিডেন্টদু বেলেন্স পুজবা ঙমখিদে। মতোমতা তাশিনজখি। করিগীনো?

অববিন্দ ঃ হোয়। মহাক মতোমতা শিজবনি। ঐ ইরাল লৈতে। ঐগী য়েক্লবনা ঐবু - নমদুনা মরাল শিজিনবনি।

বিমলেন্দু ঃ কনানো নঙগী য়েক্লবদি?

অরবিন্দ ঃ হৌজিকপু কনাগী মমিং পনখোগে?

বিমলেন্দু ঃ নঙনা পুলিসতা রিপোর্ট তৌখি। নঙনা একসিডেন্টনি হায়খি। বা পুম্বা হাযদোকখি। মদু ফাওবদা কনামতনা থাজখিদে।

মীয়াম্বা মীহুৎপদু থিগৎনবা হায়খি। খণ্ডলব্রা মখোয়দু কনানো হায়রবা!

অরবিন্দ ঃ খণ্ডদে, ঐ করিমতা খণ্ডদে।

বিমলেন্দু ঃ অমুকসু মীনম্বা! কয়াম কুইনা মীনম্বা বাসি ঙাংখিগদগে? মখোয়শিংদু নঙগী মীচঙমক্তনি, মখোয়শিংদু প্রসিডেন্টনা হায়বগী মতুংইন্না নঙনা রিসিপতা লুপা চমঙা ইরগা শুপ্নগী চাহমদং থাগী তলব পীখি।

অরবিন্দ ঃ মদুদি হান্না মমাঙদগী চৎনরক্লবনি।

বিমলেন্দু ঃ মখোয়না আশা তৌরম্বনি, অদুগুম্বা ফাওবা চৎনবিশিংদু থুগায়বক্তনি হায়না।

অরবিন্দ ঃ মখোয়না খল্লিবদু ঐনা হেক্তা ঙমব্রা?

বিমলেন্দু ঃ অমুকসু মীনম্বা ঙাংলে। ফাঁসীগী থৌবি কোঙ্গোয়না ঙাইদুনা লৈববা ফাওবা অচুম্বা ঙাংদ্রি। নঙনা মতম চুপ্পদা মীওৎ মীনৈগী মাযোক্তা য়ান্না লেকচব পীখিবদাই। নঙনা মতম পুম্বদা মীওইবগী অথিকাবগী মবমদা ফিবাল বাংনা থাঙ্গৎতুনা কোযচৎ চৎখি। চৎপু চৎখিদ্রো? (ঙাইহাক লৈবগা) মখোয়না নঙোন্দা থাজবা কযা থমখি। মদুবু অরানবা ওইহনগ্রে? নঙনা অরেম্বা তাহনখি। নঙনা মতমদুদা প্রসিডেন্টগা লোযননা কোয়থোকপা চৎখি। মদুদা নঙগী মকপশিংনা নঙসি প্রসিডেন্টগী মী ওইখ্রে, মখোয়গী মকপ ওইদ্রে হাযনা থাজে।

অববিন্দ ঃ মদু অবানবনি। ঐনা ঐগী মকপশিংবু কৈদৌঙৈদা অবাবা পীখিদে।

বিমলেন্দু ঃ মখোয়দুগীদমক কবিমতা তৌবিখিদে। হৌজিকনা বাফম অমা খঙ্কী বাবে - হযেং চন্দুনা কোর্টতা কবি হাযবগদগে হায়না খনবদা?

অরবিন্দ ঃ চন্দু অসেংবা ঙাংলক্তনি। অচুম্বা ঙাংদনা করি ঙাংঙগনি।

বিমলেন্দু ঃ মহাক অচুম্বা ঙাংহনবা পামলে? (ঙাইহাক লৈরগা) তুমিন্না লৈববদি করি তৌরে? পাউখুম করিগী পীবক্ত্রিবনো? (ঙাইহাক লৈরগা) মহাক্কা অচুম্বা ঙাংবগী অর্থ নঙ খণ্ডলব্রা? নঙগী নরান্দু ঙাকপীগদ্রা?

অরবিন্দ ঃ মহাক্কা ঐবু কনবিগনি, বিমলেন্দু। মহাক ঐগী য়েক্লবা ওইবসু

য়াই। ঐনা মঙোন্দা য়াম্না অয়ানবা থবক তৌগ্রে, মসি অচুম্বনি। অদুবু চন্দু ঐগী ছাত্রনি, মহাক করিগুম্বা খরদি খহ্বগনি। মহাক্না ঐবু শোয়দনা কনবিগনি।

বিমলেন্দু ঃ ছাত্র ওইবতনা য়ারোই। মহাকসু মীনি। মহাক নহাক্কী মিৎনা উবা অশেংবা সাক্ষিনি। মহাক্না পুম্নমক মমিৎনা উহৌরে। মহাকপু চেকশিনলু, ঐ মসি হায়বা লাক্লিবনি, মহাকপু চেকশিল্লা শেগ্নৌ।

[ মহাকপু চেকশিনলু হায়বগী খোঙেল্না নিলদুনা লৈরি। তপ্পা তপ্পা মমশিল্লকই। মঙালদু ফম্পাক ময়াইদা তারকই। জবান পীনবা খাঙ্জিনবা নাকল অমদা অরবিন্দ লেম্নী। অতোপ্পা নাকল অমদনা পাউখুম পীনবা চন্দু লেপ্লি। ]

খোঙেল ঃ ইরোয় ওনার, হৌজিক ঐ কেস অসিগী মমিৎনা উহৌবা সাক্ষি চন্দ্রশেখর ওর্ফে চন্দুদা য়াহং হংনবা অয়াবা পাম্মী।

অনীসুবা খোঙেল ঃ য়াহংদু হংবা য়ারে।

অহানবা খোঙেল ঃ নঙ প্রিন্সিপাল অরবিন্দবু খঙবা কয়াম কুইবে?

চন্দু ঃ চহী নিপালগী মমাঙদগী।

অহানবা খোঙেল ঃ করম্না খঙলকই?

চন্দু ঃ মহাক মতমদুদা প্রোফেসার ওইরম্মী।

অহানবা খোঙেল ঃ নঙ কোলেজ থাদোকপা চহী কয়াম কুইবে?

চন্দু ঃ ঐ কোলেজ থাদোকপা নত্তে।

অহানবা খোঙেল ঃ কবম্না?

চন্দু ঃ ঐবু কোলেজদগী তাম্থোকপনি।

অহানবা খোঙেল ঃ করিগী তাম্থোক্লিবা?

চন্দু ঃ ঐনা কোলেজ ওথোরিটিগী মায়োক্তা লেপ্লুবগী।

অহানবা খোঙেল ঃ করি য়াহৌদগীনো?

চন্দু ঃ নোট তৌবগী। প্রসিডেন্টগী মচা নিপানা ময়ামগী মমাঙদা ছুরী থাম্নগা নোট তৌখি। মহাকপু ফাখি। অদুবু মহাক্কী রিপোর্টতু নমশিন্দুনা থমখি।

অহানবা খোঙেল ঃ হংলিবা য়াহংসিগী পাউখুম পীয়ু। (ভাইহাক লৈরগা) কনানা রিপোর্ট নমশিল্লিবা?

চন্দু ঃ প্রোফেসার অরবিন্দ অমদি প্রসিডেন্টনা।

অহানবা খোঞ্জেল : মদুগী প্রমান করি লৈ?

চন্দু : হায়রিবা অসিগী মতাংদা হান্নগী প্রিন্সিপালদা হংবা য়াগনি।

অহানবা খোঞ্জেল : কোলেজদগী তাম্থোক্লবা মতুংদা নণ্ড করি তৌদুনা লৈখি?

চন্দু : করিসু তৌদে।

অহানবা খোঞ্জেল : করিসু তৌদে হায়বদি?

চন্দু : করিসু তৌদে হায়বদি করিসু তৌদবা। ঐগী বাহৈশিংসিগী অর্থ খণ্ডবিদ্রবদি ডেকস্নারী পুথোক্লগা য়েংঙু।

অনীসুবা খোঞ্জেল : সরকারী উকিলগী বাহংদা অশেংবা পাউখুম পীয়ু। বায়েল শণ্ডসি ফাগী তৌফম নত্তে।

অহানবা খোঞ্জেল : নণ্ড নোট তৌখিদ্রা?

চন্দু : তেখিদে।

অহানবা খোঞ্জেল : ফাবদি ফাখিব্রা?

চন্দু : অহোয়।

অহানবা খোঞ্জেল : অদু ওইববদি নণ্ডনা নোট তৌদে হায়বগী করম্বা প্রমান লৈ?

চন্দু : য়ুনিবর্সিটিগী রাইগী মতুংইন্না।

অহমসুবা খোঞ্জেল : ইয়োর ওনার, সরকারী উকিলগী বাহংসি কেশসিগা মরি অমতা লৈনদে।

অহানবা খোঞ্জেল : ইয়োর ওনার, ঐগী বাহং খুদিংমক কেশসিগা মরি লৈনৈ। চন্দুগী পাউখুমসিনা তশেংবা তাক্লে মদুদি প্রেফেসার অরবিন্দনা রাজকুমারগী রিপোর্ট নমশিন্দুনা থম্মী হায়বসি। মসিদা প্রেফেসার অরবিন্দবু মশক লেপ্লদা অনৌবা অমা ওইদ্রে।

অনীসুবা খোঞ্জেল : গো এহেড রিদ ইয়োর কোসচন্স?

অহানবা খোঞ্জেল : নণ্ড অনুরাধা কৌবী নুপী অমগী মমিং তাপ্রব্রা?

চন্দু : হোয় তাপ্রে।

অহানবা খোঞ্জেল : মতৌ করম্না তরিবনো?

চন্দু : মহাক ঐগা লোয়ননা কোলেজ অমগুদা লাইরিক তমিন্নখি।

অহানবা খোঞ্জেল : মহাকপু মুন্না খঙব্রা?

চন্দু : মহাক ঐগা নক্লবা মরি অমসু লৈনখি।

অহানবা খোঞ্জেল : নক্লবা মরি হায়বদি করিনো?

চন্দু : হায়বদি ঐখোয় অনী নুংশি মরি লৈনৈ।

অহানবা খোঞ্জেল : কোলেজদগী তাহোক্লবা মতুংদসু মহাক্না নঙোন্দা নুংশিরিব্রা?
চন্দু : হোয়, মহাক্না শিরমদাই ফাওবা ঐবু নুংশিখিবনি।
অহানবা খোঞ্জেল : মদুগী থাজবা য়াবা নঙোন্দা লৈব্রা?
চন্দু : হোয়, লৈ। মহাক্কী চিঠী ঐঙোন্দা লৈ।
অহানবা খোঞ্জেল : অনুরাধানা শিবা নুমিৎতুদা, নঙ কদাইদা লৈ?
চন্দু : ইমা গোকপা ইপুবোক লৈখিদবনা মরম ওইদুনা ঐ য়ুম থাদোক্লুনা চৎখি।
অহানবা খোঞ্জেল : মহাক শীজখিবগী মরম হায়বা ঙমব্রা?
চন্দু : প্রোফেসার অরবিন্দ।
অহানবা খোঞ্জেল : নঙ বাফমসি য়াম্না শেংনা হায়রব্রা?
চন্দু : বায়েল মপুগী মমাঙদা অচুম্বা ঙাংজগে হায়দনা বাশকচৎপ্রবনি।
অহানবা খোঞ্জেল : নঙনা প্রোফেসার অরবিন্দবু কদাই ফাওবা মরান লৈরে হায়বসি হায়বা ঙমগনি?
চন্দু : ঐঙোন্দা প্রমান লৈ।
অহানবা খোঞ্জেল : করম্বা প্রমাননো?
চন্দু : অনুরাধাগী অরোইবা ওইনা ইরকপা চিঠী লৈরি।
অহানবা খোঞ্জেল : কোর্টকী মমাঙদা চিঠীদু পুথোকপা ঙমগব্রা?
চন্দু : অহোয়, হয়েং ফাওবগী মনুংদা পুথোকচগে।
অহানবা খোঞ্জেল : চিঠীদুদা করি হায়না ইরমবগে?
চন্দু : মহাক্না ইরম্মী ঐ পুং মরী হেক তাবগা কোলেজগী লৈকোলদা নঙবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মতমদুদা রাজকুমার লাক্রম্মী। মহাক্না ঐঙোন্দা লাকনা ফানা শান্নবা হোৎনরম্মী। ঐনা য়াদ্রবদা নমফুদা হোৎনরকখি।
অহমসুবা খোঞ্জেল : চিঠী অদুগা কেসসিগা মরি অমতা লৈনদে, ইয়োর ওনার। অবেম্বদা মতম মাঙহন্দুনা লৈরে।
অনীসুবা খোঞ্জেল : ওফজেকশন রিজেক্ত।
অহানবা খোঞ্জেল : অদুদি চিঠীদুদা করি মখা ইরম্মী?
চন্দু : চিঠীদা অসুম্না ইরম্মী মতমদুদা ল্যাইবক ফম্বদগী প্রিন্সিপাল সাহেব লাক্রম্মী। মহাক্না ঐবু কনবিরম্মী। মদুগী মতুংদা ঐঙোন্দা রিপোর্ট ইহল্লে। অদুগা হায় ঐ রাজকুমারদা একশন লৌগনি হায়না। ঐ মহাক্কী মপা ফম্ভবদগা শেংদোক্লগদবা

বা য়াম্না লৈ হায়নসু হায়।

অহানবা খোঞ্জেল : চিঠীদুদা অদুম্না হেক ইরনে, ঐ প্রসিডেন্টগা বা য়াম্না শেং-দোক্লগদবা লৈ হায়না।

চন্দু : হোয়।

অহানবা খোঞ্জেল : মখাদি করি ইরম্মী?

চন্দু : মখাদা ইরম্মী, ইমা অমদি পাবুঙনা যৌদোকসি চাওথোকহনবা পামদে। মখোয়না ঐবু বদনাম চাগনি খন্দুনা কিজরম্মী। অদুম ওইনমক ঐ মায়োক্লগনি। মায়োক্লবসিমক নত্তোন্দগী তম্বনি। প্রিন্সিপালদা বিক্লকনি হায়বা ঐ খঙই। ঐ প্রিন্সিপালগীদা চৎলে। মত্তোন্দা ঐগী ইতেং পাঙবিগদ্রা, পাঙবিরোইদ্রা হায়না অশেংবদু হংলুগনি। করিগুম্বা মহাক্না নমশিন্দুনা থমখ্রবা, ইতেং পীবিদ্রবদি, ঐ হিংদ্রে।

অহানবা খোঞ্জেল : মদুগী মতুংদা করি ইরম্মী?

চন্দু : ঐবু থীহুবা তৌদনা লাকনবা ইরকই।

অহানবা খোঞ্জেল : নঙনা হল্লক্লগা পুলিসতা হায়রিবা চিঠীদু করিগী পীদ্রিবনো?

চন্দু : প্রিন্সিপালনা ফিরেপ হোংখ্রবদা কৈদৌরুনি? অদুবু অনুরাধা শিবদুনা ঐঙোন্দা খাঙবা ঙমদবা চৈনা অমা পীরম্লে। ঐগী পুন্সিসি লোইখ্রে। ঐ করি করিগুম্বদা অঙাওবদৌনা তৌই। হৌজিকসু ঐগী পুন্সিসি অরেম্বা তারবনি। ঐ হিংবদা থাজরক্তরে।

অহানবা খোঞ্জেল : ইয়োর ওনাব। অনুরাধাগী চিঠীদা য়াম্না মরুওইবা বাহে পরেং অমা যাওরি। প্রোফেসার অরবিন্দনা রিপোর্ট ইবা মতমদা অসুম্না হায়খি রাজকুমারগী মপাগা ঐগা শেংদোক্লগদবা য়াম্না লৈ। মসিগী অশেংবা মরমদি অসিনি, প্রোফেসার অরবিন্দগী পুক্লিংদা প্রসিডেন্টবু হায়দগী য়াম্না তুকৎচরম্মী। মদুগী মায়োক্তা লৈনবা তাঞ্জদু ঙাইহ্নুনা লৈরম্লিবনি। (ঙাইহাক লৈরগা) নঙ নুমিৎ অদুদা চীংদুগী চীংচেপ্তা করি তৌবা চৎলুই।

চন্দু : শিজরগে খন্দুনা।

অহানবা খোঞ্জেল : করিগীদমক শিজবা পাম্লিবনো?

চন্দু : হায়খ্রেদনা ঐগী পুন্সিদা থাজবা পুম্বা মাঙখ্রে হায়দনা।

অহানবা খোঞ্জেল : অদুবু করিগীনো?

চন্দু : প্রোফেসার অরবিন্দনা ওইদবা ঙাংদুনা ঐগী থাজবা পুম্বা

মাঙহনহ্রে। কোলেজদগী ঐবু তাদোকখিবা লোয়নদা পুন্সিগী খোংলোইবুসু অরেম্বদা মাঙহনখিবা।

অহানবা খোঞ্জেল ঃ অদু ওইরবদি নত্ত শিহৌদ্রিবা করিগীনো?

চন্দু ঃ ঐ ক্রিফতুদা চোংথগে খনখি ....

অহানবা খোঞ্জেল ঃ করিগী চোংথাহৌদে?

চন্দু ঃ ঐনা তাঞ্জদুদা শাহম খরা তাখি। নকশিন্নরুবা কানদদি বারী শান্নবা ওইনা তারকখি।

অহানবা খোঞ্জেল ঃ অদুদগী কৈদৌরবা?

চন্দু ঃ মোঙশোং অমদা লৈশিন্দুনা য়েংখি।

অহানবা খোঞ্জেল ঃ কনা-কনা লাকপা উখি?

চন্দু ঃ প্রোফেসার অরবিন্দগা প্রসিডেন্টগা লাকপদু উখি।

অহানবা খোঞ্জেল ঃ মখোয় অনীদি করি-করি বারী শান্নে?

চন্দু ঃ প্রোফেসার অরবিন্দদি ক্রিফকী মায়গেরোমদা চঙশিনখি প্রসিডেন্টবু মহাক্কী মনাক্তা লারুবা কৌশিনখি। প্রসিডেন্টনা চঙশিনবদু য়ানিংলমদে।

অহানবা খোঞ্জেল ঃ অদুদগী কৈদৌরবা?

চন্দু ঃ প্রোফেসার অরবিন্দনা মহাকপু পুক্লীং থৌনাবুসু হাঙ্গুনা, মখাগী লম্পাক্তুদা শান্নরিবা মেলাগী কুম্মেদুবু য়েংনবা কন্না হায়খি।

অহানবা খোঞ্জেল ঃ অদুদগীদি?

চন্দু ঃ মমৈদদি প্রসিডেন্টসু তৌফম খণ্ডদুনা ক্রিফতুগী মতোন ফাওবা চঙশিন্নরুম্মী।

অহানবা খোঞ্জেল ঃ মমাঙদি কনানা থংঙি।

চন্দু ঃ প্রসিডেন্টনা।

অহানবা খোঞ্জেল ঃ তুংদি কনানা থংবা?

চন্দু ঃ প্রোফেসার অরবিন্দনা।

অহানবা খোঞ্জেল ঃ প্রোফেসার অরবিন্দগী মখুৎতু করম তৌই।

চন্দু ঃ প্রসিডেন্টকী মরেংজুমদা থম্মী। মখুত্তুনা মরেংজুমদা থাঙ্গৎলগা মেলাদুবু য়েংনবা কন্না হায়খি।

অহানবা খোঞ্জেল ঃ মদুগী মতুংদদি কৈদৌরবা?

চন্দু ঃ অদুদগী প্রসিডেন্টকী মশাদু থক থক নিকপা হৌরকখি ।

ওইহাক্কী মতুংদা ক্রিফক্কী মখাদা ওন্থখিরম্মী।

অহানবা খোঞ্জেল : প্রসিডেন্টদু অরবিন্দনদি ইন্থখিব্রা? (চন্দু তুমিল্লা লৈ।)

অহানবা খোঞ্জেল : করিগী খুমথ্রিবনো? প্রোফেসারনা প্রসিডেন্টবু ইন্থখিদনা? [চন্দু অরবিন্দগী মায়গৈদা শংব্রিক য়েংদুনা লৈ। মিৎকুপ খরদুদা চন্দু পুক্লীংগী ফিরেপ হোংলকই।]

চন্দু : মদুসু ওইবা য়াই।

অহানবা খোঞ্জেল : অদুদগী কৈদৌরবা?

চন্দু : প্রোফেসার অরবিন্দ ইপাই থবায়না চেনবা হৌরকই। ঐনা মহাকপু কৌখি।

অহানবা খোঞ্জেল : মহাক্না উখিব্রা?

চন্দু : হোয় তশেংনা ইশেংহেক শেংনা উখি।

অহানবা খোঞ্জেল : মতমদুদা মহাক লেপখিব্রা?

চন্দু : লেপখিদে, ওমজবি থাদুনা চেনখি। ঐসু মতুংইনদুনা চেন্নে।

অহানবা খোঞ্জেল : মহাক কদাইদা চৎখি?

চন্দু : প্রসিডেন্টকী বাঙ্গলোদা।

অহানবা খোঞ্জেল : করিগী?

চন্দু : ফোন তৌবা ওইরম্বসু য়াই।

অহানবা খোঞ্জেল : করম্না খঙ্গি?

চন্দু : ঐনা পুলিসস্টেশন হেক থুৎবগা মহাক্না ফোন হান্না তৌবক্লম্রে।

অহানবা খোঞ্জেল : ইয়োর ওনাব, মসি য়াম্না নুংঙাইবা বাফমনি, প্রোফেসাব অরবিন্দ হান্না পুলিসতা ফোন তৌবকলম্রে। অদুবু থৌদোক থোকফমদুদা চন্দু লৈ হায়বসি শুকযাও য়াওদে। ইয়োব ওনার, মসিদা তশেংনা তাক্লে, মখোয়না হায়বিবা বাফমসি নমশিন্দুনা থমনিংঙি।

অনীসুবা খোঞ্জেল : অদোম সাক্সিসিদগী বাহং মখা হংবা পাম্লিব্রা?

অহানবা খোঞ্জেল : নো, ইয়োব ওনার।

অনীসুবা খোঞ্জেল : নাউ ডি ডিফেন্স কাউন্সিল মে ক্রোর্স একজমিন ডি বিটনেস। [ তপ্না - তপ্না মমশিল্লকই। মিৎকুপ খবগীতুংদা অমুক ঙাল্লকই। জেলগী মফম অমা। বিমলেন্দুগী শাক্তমদু থোক্লকই। ]

বিমলেন্দু : হৌজিক করি খল্লী?

করিসু খন্দে।

বিমলেন্দু : চন্দুগী ময়মদা করিমতা খন্দত্রনে?

অরবিন্দ : করম্না খণ্ডি?

বিমলেন্দু : ঐ পুন্নমক খণ্ডি। নত্তু চন্দু নত্তনা অতোয়া করি খননিংঙাই লৈরিবগে?

অরবিন্দ : বিমলেন্দু, চন্দুনা করিগী অচুম্বা ঙাংগ্রিবনো?

বিমলেন্দু : মাদি মীনম্বদি ঙাংখিদেনা। মানা অসিসু হায়দে নত্তনা প্রসিডেন্ট ইম্থে হায়না। মানা অসিদনি হায়বা-ওইবা য়াই।

অরবিন্দ : মহাকসু খণ্ডলিবনি ঐনা প্রসিডেন্টবু ইম্থখিদে হায়বসি। ইরান লৈতে হায়বসু খণ্ডি, মীহাৎপসু নত্তে। মসি ফাওবদা করিগী মীনম্বা ঙাংলিবনো?

বিমলেন্দু : বাহংদুমক দ্রোণাচার্য্যনা হংখি। শিরমদাই মিৎকুপ খরদু ফাওবা হংখিবনি। কবিগী কাওরিবনো ঐগী নাটক্তু? নীংশিংঙুনে। মহাভারতকী তরা মঙানিশুবা নুমিৎতু। দোণাচার্য্য মশামক্না সেনাপতি ওইখি। অকনবা লানফম্নি। অকি তুজুংবা ফংনা খুৎশাশিংগী হৈশিংবদু উৎলম্মী। মহাক লাম্থেংনখি পাণ্ড প-শিংগী সেনাবু মমৈ মকোক খণ্ডহনখিদে। তাঞ্জ অদুমক্তদা ... [ফম্পাকী মঙালদু মমথরকই। লানগী অকি তুজুংলেবা খোঞ্জেল। লাওনবা খোংনেবগী খোঞ্জেল। নাকোং শিংজা য়ৈরবা, হাৎন সুনবগী খোঞ্জেল। খোঞ্জেলশিংদু খর-খরা তপথরকই।]

অয়াকপা খোঞ্জেল : অশ্বত্থামা শিবে অশ্বত্থামা শিবে। য়েংঙু অশ্বত্থামা .. (ফম্পাক্তা মঙালদু তারে দোলাইগী অতেকপা চক্লা। দোলাইগী চৈখোক ময়াদা দ্রোণচার্য্য লেপতুনা লৈ। লানমী অমা মহাকী মনাক্তগী চেম্থোক্লকই।)

দ্রোণাচার্য্য : (মহাকপু খামদুনা) অশ্বত্থামাবু শিরে হায়বা, ঐগী ইচা অশ্বত্থামাবো?

লাম্মী : মীয়াম্নদি অদুমনা হায়নরি। পাণ্ডপশিংগী লাম্মীসিংনদি নুংঙাইবা কোঙদোক্লরি।

দ্রোণাচার্য্য : অদুবু অচুম্রনে?

লাম্মী : লানদবু অচুম-অরান লৈদ্রো। কনাবু থাজনি।

দ্রেশাচার্য্য : পাণ্ডপশিংগী হায়জিনবনি হায়বসি নঙ থাজবা গুম্রা ।

লাম্মী : করিমতা হায়জবা ভমজদ্রে, আচার্য্য। জয়দ্রথ তুখিবদু নীংশিংবিয়ু। তাদ্রবা নুমিৎপু অমুক থোকহল্লকপা ভম্মী। ঐবু ভাকপীগনি, করিমতা হায়জবা ভমজদ্রে।

[ লাম্মীদু চথখি। অশোকপা লাম্মী অমা মহাক্কী মনাকলোমদা চঙলকই। ]

দ্রোণাচার্য্য : (মহাকপু খামদুনা) হায়ু, কনা শিরে? অশ্বথামা কৌবা শামুদুরা, ঐগী ইচাদুরা? করিগী হায়ব্রিবনো?

অসোকপা লাম্মী : ঐসু অদুম্মা তাজে। মায়গৈ মরীদা হা-হা কার লাউনরে। অর্জুনগী তেনদোংদা কৌরপকী লাম্মী ফাওবা খাঙবা ভমদনা চেন্নখরে। হৌজিকপু অশ্বথামা কৌবা শামুদুনি, অদোমগী ইচাদুনি করম্না হায়বা ভমগনি।

[ তুরোই ভারোই চথখি। ]

দ্রোণাচার্য্য : কনামতা হায়দ্রে। কনামতা হায়বা ভমদ্রেদনা।

[ য়ুধিষ্টির লাকপা উই। দ্রোননা কৌই।]

দ্রোণাচার্য্য : য়ুধিষ্টির তারিব্রা, শোমদা চঙলকখো!

[য়ুধিষ্টির মানক্তা চঙলকই।]

য়ুধিষ্টির : তাকপিয়ু, গুরুদেব!

দ্রোণাচার্য্য : য়ুধিষ্টির লাওনরিবসি তাব্রা!

য়ুধিষ্টির : তাজে, গুরুদেব।

দ্রোণাচার্য্য : খোঙ্জেলসি তারগা ঐগী থবায়সি লৈতাফম খঙদ্রে। তৌফম খঙদ্রে। নঙ অশেংবদি হায়নিদনা?

য়ুধিষ্টির : ঐবু মীনম্বা ভাব্রেনে, গুরুদেব!

দ্রোণাচার্য্য : অদুনবু ঐনা হংলিবনি। ঐ গুরুদক্ষিনা পাম্লে।

য়ুধিষ্টির : লানবুংসিদা!

দ্রোণাচার্য্য : লানবুংসিদা। মফমসিদা, অচুম্বা ওইবা য়াই, অরানবসু। ঐগ্রেদা গুরু দক্ষিনাগী মহক্তা হায়ু, কনানো শিরিসে। অশ্বথামা শামুদুরা, ঐগী ইচাদুরা? মীরা-শারা?

য়ুধিষ্টির : ঐনা খঙজবদি অশ্বথামা শিরে।

দ্রোণাচার্য্য : মীরা-শারা? খুম্মুনে, বাহংসিগী পাউখুমসিনা ঐগী পুক্তি লেপকদৌরিবনি। থুনা হায়ু!

য়ুধিষ্টির : অশ্বথামা তশেংনা শিরে। মদু মী .... (মথা তারকপদা তুর-তুর

নৈসিনখি।) শানি ...

[ মতমসিদা মোইবুংগী অহৌবা খোঞ্জেল, থাং য়ায়বগী মখোল। ]

দ্রোণাচার্য্য : (ভ্রুশেংনো নীংবা কাইরে।) অদু ওইরবদি ঐগী ইচা অশ্বত্থামা শিরে। (ফমথদুনা।) হৌজিক ঐ হিংলুবগী করি কন্নগনি। নত্তে, হৌজিক লান তৌররোই। (মমিৎ উইশিনখি।)

মপানগী খোঞ্জেল : লেপ্লুনা করি য়েংলি ধৃষ্টদুয়ুম্ন! ককথৎলু হন্নুবসিগী মকোকসি। নপাবুগুবু ইকাইবা পীখিবদুগী লমন খুম্মু।

[ ধৃষ্টদুয়ুম্ন চঙলকই; খুৎলাই য়াওব্রবা দ্রোণাচার্য্যদা খুৎ থারকই। মিৎকুপ খরগী তুংদা অহেন্ত্রকই। দ্রোণাচার্য্য শিরমদাইগী ফিভম। অশ্বত্থামা চঙলক্লগা মহাক্কী মকোক্তু মতমবাক্তা কোনখৎতুনা থম্মী। ]

দ্রোণাচার্য্য : (মখোন নীক্লা) ইবুংঙো নঙ হিংলমলিব্রা! মতমদুদা ধর্ম্মরাজনা করিগী মীনম্বা ঙাংলিবা? গুরু দক্ষিনাদবু মিনম্বা ঙাংলিবা ... করিগীনো? হায়ু করিগীনো?

য়ুধিষ্ঠির : গুরুদেব!

দ্রোণাচার্য্য : নঙনা তৌরিবদু অচুম্বনি। মসি পুন্নমক ঐগী ইরাননি। অচুম অরান খঙলবসু ঐ নখোয়গী মায়োক্তা লান তৌরিবনি। ঐগী সেবকশিংগী মায়োক্তা অঙম অথৌসিংগী মীনাই ওইহল্লবগী চপচাবা মহৈদুগী ফলনি। নঙনা তৌরিবদু অচুম্বনি। মতমসিদদি নঙনা মীনম্বা ঙাংলিবদুসু অচুম্বা ধর্ম্মনি। য়ুধিষ্ঠির, নঙনা অচুম্বা ঙাংলম্নবসু ইতিহাসনদি মীনম্বা ঙাংলে হায়গনি। (শিখি।)

[ মম্বা। মিৎকুপ খরা অরাবগী ঈশে। মঙালদু অমুক ঙাহোক-লকই। অরবিন্দ অমসুং বিমলেন্দু হান্নগী মফমদুদা। ]

বিমলেন্দু : খঙলেদনা বাহংদুগী পাউখুমদো!

অরবিন্দ : চন্দুবু ধর্ম্মরাজগা চাংদম্নবা চুব্রা?

বিমলেন্দু : অমুক মীনম্বা। নঙ খঙলব্রা নঙগী বাহংদুগী পাউখুম। অবার ওফ কনফেশন ইজ ওপ্রোচিংজে। অদুবু নঙ অচুম্বা ঙাংবা পামদে। হায়ু চন্দুবু মীনম্বা ঙাংবা কনানা তম্বীখি?

অরবিন্দ : কনানা তম্বীখি?

বিমলেন্দু : নঙনা নত্রদি কনানো ।

অরবিন্দ : ঐনা?

বিমলেন্দু : নঙবু মহাক্কীদমক করম্বা মতমদা অচুম্বা ঙাংগ্রবগে? খঙলব্রা নঙগী মীনম্বশিংদুনা মহাক্কী থাজবা পুম্বা মাঙহনখ্রবনি। শমজিল্লসি ওজা অমা ওইনা নঙনা করি তৌবিগ্রে? অর্থশাস্ত্রদা ভাবন। মালথস পীগু, কেন্স কী পাউত্তাক পীখিদনা। মদুদি লাইব্রেরিগী পারগা খঙগদবনি। বাহংনি, নঙনা করি তৌগ্রে? অসুম্না নঙনা তম্বীগ্রে অদুমক্তনা মহাক্কী পুন্সিবু অর্থ থোকহনখিগ্রে?

অরবিন্দ : নঙ ফাওবনা ঐবু ইরান শিরে। হায়্যু ঐবু মীনম্বা ঙাংবসি কনানা তাম্বীখি?

বিমলেন্দু : ফিভম্না। হিংনবা লানফমদুগী ফিভমদুনা। মায়োক্নবা ঙম্রুদবগী ফিভমদুনা।

অরবিন্দ : অহানবদা ঐবু য়াম্না ফত্তবা মী ওইরমব্রা?

বিমলেন্দু : ওইবমদে।

অরবিন্দ : ঐনা মালথস, পীগু অমদি কেন্সকী পাউতাক্তগী হেন্দোক্না পুন্সিগী বাহছোক থিগে খল্লুদে।

বিমলেন্দু : খল্লি।

অরবিন্দ : ঐঙোন্দা শাপ তৌখিদব্রা, তুশোন - মানশোন্নখিবা নত্রা?

বিমলেন্দু : ঐনা কবম্বা মতমদা য়াখিদবা য়াওগ্রবগে।

অরবিন্দ : নঙসু প্রসিডেন্টবু কবিগী মরানসিদে?

বিমলেন্দু : কবিগীনো হায়ববু মহাক্কীদি শক্তি লৈ। মহাকপু ফিভমনা হনজিন-হনজিন ইনসিনখি। মহাক্কী শক্তিদুনা মরম ওইখিদুনা নঙগী ফিরেপতুসু লৌশিনখিবনি। বাহং অমা হংগে, মনা লেপ্পা ফিরেপতুদা নঙ করিগী চৎহৌদে। নীংসিংলিব্রা নঙনা মায়োক্নগনি হায়বদো, নঙবু অচুম্বা ফিরেপতা মায়োক্নখিব্রা। করিগুম্বদা মীকাপ্পী, করিগুম্বদনা বিষ্ণী। মতমদুনী মায়োকনরুদ্রে। মায়োক্নবা পুম্বা অরেম্বনি। ফিভমদুনা নঙগী অপাম্বদুদা খোংগল্লবা হুই অমা ওইনিংলবদি খোংঙু, হুইগী হুইনাও পোকউ। চন্দ্রগুপ্বা, য়ুধিষ্ঠিরগুম্বা অমা ওইনা পোকউ। রাজকুমার অমসুং দুর্যোধনগুম্বা পোকউ ...

অরবিন্দ : মসিবু নঙগী আম্মা বলিদান কৌরবগী বাহছোক্রা?

বিমলেন্দু ঃ লুদবা খোনফমদু লেপগ্রে। নখোয়না য়াহল্লোক থিরী। ঐগী আত্মা বলিদানবু! (ভাইহাক লৈরগা) অপঙবা! খণ্ডলগ্রা ঐগী নুপী কদাই চৎখ্রে হায়বা?

অরবিন্দ ঃ খণ্ডদে ঐনা করম্না খঙগনি!

বিমলেন্দু ঃ শহর থদোক্তুনা চৎখ্রে। হনুবা ওফিসারদুদগী মশা কঞ্জনবা হোৎনদুনা। মহাক্কী খৌরাংলবা মীৎয়েংদুগী লৈথোকচনবা। মাগী গীরি-গীরি তকপা মতৌদুনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা। মসিদবু নঙনা আত্মা বলিদানগী বা হায়জিন্দুনা অমুক লৈরে। ইকাইবদু পোক্তগ্রা!

অরবিন্দ ঃ যানিংদে, মদু তশেংনা মীনম্বনি।

বিমলেন্দু ঃ (লাওরদুনা) নত্তে, অসি অচুম্বনি। মখা তাবক্কনু। নঙ কনানো হাযবা খঙভি?

অববিন্দ ঃ ঐবু কনানো?

বিমলেন্দু ঃ নঙ দ্রোণাচার্য্যনিনে। ফিভমগা অচুম্বগনা চিকখৎপীববা দ্রোণাচার্য্য ইতিহাসকী ইচেলদা তাওথবক্লীবা অকংবা উদুগী উতুপ কুম্বনি, মতমগী তোবর্বনদা থুংলবা হমচিৎ-হমফোইনববা দ্রোণাচার্য্য। ফিভমনা মায়গৈ খঙদ্রবা অকাইবা জহাজদ্না লাইট হাউস থিবগুম থিরিবা দ্রোণাচার্য্য।

অববিন্দ ঃ ঐ দ্রোণাচার্য্য নত্তে, অরবিন্দনি, প্রোফেসাব অববিন্দ।

বিমলেন্দু ঃ বাচোইদু ঙাংগনু! নঙ দ্রোণাচার্য্যনি। কৌবপশিংগী মীচংদা বা ঙাংবা, লানফমদসু মখোয়গী তেংবাংবা। নঙবু কবম্বা প্রোফেসারনো? নঙদি দ্রোণাচার্য্যনি।

অরবিন্দি ঃ নত্তে . ঐ দ্রোণাচার্য্য নত্তে ..

বিমলেন্দ ঃ মম্নি-মম্নিনে, নঙ দ্রোণাচার্য্যনি! দ্রোণাচার্য্য অমা! দ্রোণাচার্য্য অমা দ্রোণাচার্য্য অমা!

[... তপ্পা মমশিন্নকই। ]




০০০